দাদা ভগৱান প্ররুপিত

# অশাউবা

অশাউবা হায়বদি চাক্লিবা মৈরি, অহাত্পদা মশামক চাকই, মতুংদা মাওদা লৈরিবা অদুবু চাকহল্লি।

Manipuri

**Publisher** : **Mr. Ajit C. Patel**

Dada Bhagwan Vignan Foundation,

1, Varun Apartment, 37 ,Shrimali Society,

Opp. Navrangpura Police station,

Navrangpura Ahmedabad: 380009

Gujarat, India.

Tel: +91 79 3500 2100



**ভাব মমল** : ‘পরম বিনয়’ অমসুং

‘ঐ করিগুম্বা অমত্তা খঙজদে’, হায়বা ৱাখল্লোন !

**Price** : 15 Rs.

**First Edition** : December, 2021 (500 Copies)

**Printer** : Amba Multiprint, B-99, Electronics G.I.D.C,
K-6 Road, Sector-25, Gandhinagar-382044
Phone : +91 79 3500 2142

**ISBN** : 978-93-91375-17-1

# ত্রি-মন্ত্র





নমো অরিহন্তানম

নমো সিদ্ধানম

নমো আয়রিয়ানম

নমো উবজ্ঝায়ানম

নমো লোয়ে সব্বসাহূনম

এ্যায়সো পনচা নমুক্কারো ;

সব্ব পাবপ্পনাশনো

মঙ্গলাণম চ সব্বেসিম ;

পঢমম হবই মঙ্গলম ১

ওঁ নমো ভগবতে বাসুদেবায় ২

ওঁ নমঃ শিবায় ৩

জয় সৎ চিৎ আনন্দ





# ‘ দাদা ’ ভগৱান কনানো ?

ইং ১৯৫৮ গী ইঙা থাগী নুমিদাং ৱাইরমগী পুং ৬ তারমদাই মতমনি, মীয়াম্না, পীক থল্লবা সুরত শহরগী রেলৱে সেটশন প্ল্যাটর্ফম নম্বর ৩গী বেন্সতা ফমলিবা শ্রী অম্বালাল মুলজীভাই পাতেলগী মওংদা লৈরম্বা হকচাং-মন্দিরদা প্রকৃতি মওংদগী অক্রম মওংদা, চহী চা কয়াদগী ফোংদোক্লবগী ঙাইদুনা লৈরবা ‘দাদা ভগৱান’বু মপুং ফানা ফাওগৎখিরম্মী অমসুং প্রকৃতিনা শেম্লকপা অধ্যাত্মাগী খ্বাইদগী অচৌবা অঙকপা । পুং ১গী মনুংদা ব্রমহানবু উখিরমই । ‘ঐ কনানো? ভগৱান কনানো ? জগৎ কনানা শিল্লীবনো ? কর্ম করিনো ? মুক্তি করিনো? ‘অসিদসু নৎতনা জগৎকী অধ্যাত্মাগী ৱাহং কয়াগী মপুং ফারবা খোঙফম লম্বী ফংখিরম্মী। মতৌ অসুম্না প্রকৃতিনা ব্রমহানদা অমৎতা ঙাইরবা( অদ্বিতীয়) ওইনা মপুং ফানা ফাওগৎখিরম্মী অমসুং মদুগী মাধ্যম ওইখি শ্রীঅম্বালাল মুলজীবাই পাতেল, গুজরাত কী চরোতর ক্ষেত্রদা লৈবা ভাদরন খুঙ্গংগী পাতীদার, কন্ট্রকটর ওইনা বিজিনেশ তৌবা, মদু ওইজরবসু, ৱিতরক (ৱাক অমদি দৱেশ মুক্তা ওইরবা) পুরুষ !

বিজিনেশতা ধর্ম লৈগদবনি, ধর্মদা বিজিনেশ লৈরোইদবনি’, মসিগী নীতি অসি মহাক্লা পুন্সিগী অরোইবা খোঙফম ফাওবা হিংখি । পুন্সিদা মহাক্লা মীওই কনামত্তদগী পৈশা অমৎতা লৌখিদে, তৌইগুম্বসুং মহাক্কী পৈশাদগী ভক্তা কয়াবু য়াত্রদা পুখিরমই ।

মহাক্লা ফংগুম্না, শুপ্নতগী পুং২ গী মনুংদা অতোপ্পা মুমুকশু (মুক্তিবু ফংনিংলিবা মীওই) কয়া আত্মাজ্ঞানবু ফংহল্লমই, মহাক্কী অঙকপা সিদ্ধ তৌরবা জ্ঞান প্রয়োক্তাগী মদুবু ‘অক্রম লম্বী’ কৌই । অক্রম হায়বদি ক্রম নৎতবা অমসুং ক্রম হায়বদি কৈরাক-কুম্না সিরি মথং-মথং কাবা অদুবুনি । অক্রম হায়বদি লিফট( Lift) কী লম্বীবুনি, শোর্ট-কত লম্বীবুনি।

মহাক মশামক্লা মীয়ামদা ‘দাদা ভগৱান কনানো’ ? মশেং নায়না ফোংদোক্লমই মদুদী, ‘অদোম্না উরিবা অসি দাদা ভগৱান নৎতে, মসিদি ‘এ.এম.পাতেলনি’ । ঐদী জ্ঞানী পুরুষনি অমসুং মনুংদা ফাওগৎলিবা (প্রগত ওইরিবা) মসিনি ‘‘দাদা ভগৱান ” । দাদা ভগৱানদী লোক ১৪ গী মপুংনি। মহাক অদোমদসু লৈ, মীওই পুম্নমক্তা লৈ । অদোমদনা ফোংদোক্তানা লৈ অমসুং ‘মসিদনা’ ঐহাক্কী মনুংদনা মপুংফানা ফোংদোক্লগা লৈ । দাদা ভগৱানবু ঐহাক্লসু খুরুমজে ।

# থঙহনজবা

জ্ঞানী পুরুষ মতোনলোন্না খুরুমজনিংঙাই ওইরবা দাদা ভগৱানগী শ্রীমুখদগী অধ্যাত্ম অমসুং ব্যবহারজ্ঞানগা মরী লৈন্না ঙাংথোকলকপা ৱাহৈ, মদুবু রেকোর্ট তৌদুনা খোমজিন্বা অমসুং নমথোক্তুনা লাইরিক্কী মওংদা পুথোকচরি । তোঙান-তোঙান্বা সবজেক্টশিংগী মথক্তা থোক্লকপা সরস্বতীগী অঙকপা অদুগী খোমজিনবা মসি লাইরিক অসিদা তৌরি, অনৌবা পাবিরিবশিংগীদমক ৱরদান (বোর) মওং ওইনা থুদম ওইগনি ।

পুথোকচারিবা লোন-হন্দোচবা অসিদা ঐহাক্না মরুওইবা চেকশিন্বা অসি থমজে মদুদি পাবিরিবনা দাদাজীগী ৱাহৈবু তবিরিবগুম, অসিগুম্না ইশাদা ফাওবা অসি ওইশনু হায়না, মসিনা মরম ওইদুনা করিগুম্বা মফমশিংদা লোন হন্দোক্লিবগী ৱাহৈপরেং মণিপুরি ব্যাকরনগী মতুং ইন্না অশোয়-অঙামশিং য়াওবা য়াই, তৌইগুম্বসুং মসিদা নুংগী ওইবা ৱাখল্লোন অদুবু খঙবিদুনা পাবিরবদি হেন্না কান্নাবা ওইগনি ।

পুথোক্লিবা লৈরিক অসিদা জগা থুদিংদা ব্রেকেটকী মনুংদা উৎলিবা ৱাফম নত্রগা ৱাহৈ মতোনলোন্না খুরুমজনিংঙাই ওইরবা দাদাশ্রীনা ঙাংথোক্লকপা ৱাহৈশিংবু থোইদোক হেন্দোক্না ময়েক শেংনা খঙনবগীদমক ইজবনি । হায়বদি মফম থরাদা অংগ্রেজি ৱাফমশিংগী মণিপুরি অর্থগী মওংদা থমজরি । দাদাশ্রী শ্রীমুখদগী থোক্লকপা গুজরত্তি ৱাহৈ মদুগা চপ মান্না ইটালিক্সতা থমজরি, মরমদি মদুগী ৱাহৈশিং অদুগী মণিপুরিদা অসিগুম্বা ৱাহৈ লৈতে, মদুগী মপুংফাবা অর্থ পীবা ঙম্বা । মসি নৎতবদা মদুগী ৱাহৈশিং অদুগী মান্নবা ৱাহৈ, অর্থগী মওংদা ব্রেকেটত পীজরি ।

জ্ঞানীগী ৱাহৈবু মণিপুরি লোন্দা চপ-মান্না হন্দোকপা ঙম্নবা হোৎনজে তৌইগুম্বসুং দাদাশ্রীগী আত্মজ্ঞানগী অশেংবা নুংগী ৱাখললোন, চপ-চানা চপ-মান্না মদুদি, অদোম্না গুজরত্তি লোনদা ওইনা হেন্না মমুৎতগনি । কনাগুম্বনা জ্ঞানবু খমথেংনা খঙগে হায়রবদি, জ্ঞানগী অশেংবা নুংগী ৱাফমবু খঙগে হায়রবদি, মহাক্না মসিগীদমক গুজরত্তি লোনবু তম্বিয়ু, অসুম্না ঐহাক্না নোল্লুক্না খঙহনজরি ।

লোন হন্দোকপগা মরীলৈনবা অৱাৎপাশিংগীদমক অদোমদা ঙাকপীয়ু হায়জরি।

We will appreciate your suggestion & grammatical mistake correction. You can give your valuable feedback at nlt.m@dadabhagwan.org



# Editorial

অশাউবা অসি অশোন্বনি, তৌইগুম্বসুং মীয়াম্না মদুবু থৌনা ফবনি থল্লি । অশাউবা তৌবগী মহৎতা, অশাউবা ফাথবা অদুগী মতিক-মগুণ অদুদি করিগুম্বা তোপ-তোপ্পা মখলগী ওই !

অচমবা মওংদা করিগুম্বা ঐখোয়গী অপাম্বগী মতুং ইন্না ওইদ্রবদি, ঐখোয়গী ৱাফম মাংদা লৈরিবা অদুনা খঙদবা ওইরবদি, খেন্নাবা বিউ পোইন্ট ওইরবদি, মতম অদুদা অশাউবা ওই । অনম্বা মতমদা ঐখোয়না চুম্বা ওই অমসুং কনাগুম্বনা ঐখোয়বু অরান্বনি হায়রবদি, মতম অদুদা অশাউবা ওই । তৌইগুম্বসুং ঐ অচুম্বনি মদু ঐখোয়গী মিৎয়েংদগীনি নৎত্রনে ? মাংদা লৈরিবা অদুগী মিৎয়েংদগী মহাক্কসু মশাবু অচুম্বনি থল্লিদনা ? অনম্বা মতমদা সুঝ লৈবা ওইদে, মাংদা লৈরিবা অদুবু উবা ঙমদে, করি তৌগনি মদুসু খঙবা ঙমদে মতম অদুদা অশাউবা ওই ।

ইকায়বা-পীবা মফমদুদা অশাউবা ওই, করিগুম্বা অমাংবা ওইবা মফমদুদা অশাউবা ওইরি । মতৌ অসুম্না নাপলবু ঙাকথোক্কবগীদমক নত্রগা মীহৌবা অদুবু ঙাকথোক্কবগীদমক অশাউবা ওইবা ওইরি । মদুদা নাপল অমসুং মীহৌবা কষায়(মনুংগী য়েক্কবা)দগী মুক্তি ওইনবা জাগ্রতিদা লাকপা মথৌ তাই । সেবারিদগী চাগী কপ-প্লেট কায়রবদি, মতমদুদা অশাউবা ওইবা ওইরি, তৌইগুম্বসুং মমাক্লিপাগী মখুৎতগী কায়রবদি? মদুদা অশাউবা করাম্না কন্ট্রোলদা লৈবা ওইরি ! মরমদুনা বিলিফকী মথা পোল্লিদনা?

ঐখোয়গী অমাংবা কনাগুম্বা তৌবা নত্রগা ইকায়বা পীরবদি মদু ঐখোয়গী কর্মগী মহৈনি, মাংদা লৈরিবা অদুদি *নিমিত্ত*নি, অসিগুম্না খঙবা অসি ফিট তৌশিল্লবদি, মতম অদুদা অশাউবা মাংগনি ।

মফম-মফমদা অমসুং মতম-মতমদা অশাউবা লাকই, মতাং অদুদা মদুবু নোট তৌগদবনি অমসুং মদুগী মথক্ত জাগ্রতি থমগদবনি । অমসুং ঐখোয়গী অশাউবগী মরমদগী নুংঙাইতবা পীরগদি, মদুগী প্রতিক্রমন তৌগদবনি, থম্মোয়-শোক্না নুংঙাইতবা তৌগদবনি অমসুং অমুক-হন্না তৌজররোই অসিগুম্বা লেংদবা পান্দম লেপকদবনি । মরমদি শাউরিবা মীওই অদুগী মথক্তা, মঙোন্দা নুংঙাইতবা ফাওই, মহাক্না মতুংদা লমন শিংন্বা লেপ্পী । মরমদুনা মতুংদা মথংগী মপোক্তা অমুক হন্না থেংগায়নৈ !

মমা-মপানা মচাশিংদা অমসুং গুরুনা শিষ্যশিংগী মথক্তা অশাউবা তৌরবদি মহাক্না পুন্য ফংঙি, মরমদি মদুগী মতুংদা উপদেশ, মহাক্কী ফনাবগীদমক্তনি, শেমদোক্কবগীনি । মশাগী অপাম্বগী ওইরগদি পাপ ফংগনি । বীতরাগশিংগী জ্ঞানগী অকুপ্পা অসিদি য়েংবিয়ু !!!

পুথোকচরিবা লাইরিক অসিদা অশাউবা মদুদি য়াম্না ৱাহল্লিবা উবা ঙম্বা কষায়নি, মসিগা মরী লৈনবা ৱাফম পুন্নমক মপুংফানা খোমজিন্দুনা পুথোকচরি, খঙনীংনা পাবিরিবনা অশাউবদগী মুক্তি ওইনবগীদমক য়াম্না কান্নবা ওইগনি, অসিগুম্না প্রর্থনা তৌজরি ।

**- ডাঃ নীরুবেন অমিন**

# অশাউবা

## কনানা থাজনবগে, "ঐ অরান্বনি ?"

**ৰাহং-হংলিবা :** ঐখোয়না অচুম্বা অদু ওইরবসু কনাগুম্বনা ঐখোয়বু অরান্বনি হায়রবদি, মনুংদা মহাক্কী মথক্তা অশাউবা ওই । মদু ওইরবদি মদুগী অশাউবা অদু খুদক্তা লাক্তনবা, মদুগীদমক করি তৌগনি ?

**দাদাশ্রী :** হোয়, তৌইগুম্বসুং অদোম চুল্লবা কান্দা নৎত্রা ? অদোম অচুমব্রনে অশেংবমক্কী ? অদোম অচুম্বনি, অসিগুম্না অদোম্না করম্না খঙবগে?

**ৰাহং-হংলিবা :** ঐঙোন্দা ঐগী আত্মানা হায়, মদুদি ঐ অচুম্বনি ।

**দাদাশ্রী :** মসিদি অদোম ইশামক্না জজ, ইশামক্না উকিল অমসুং ইশামক্না অরান্বা তৌবা, মদু ওইরবদি অদোম অচুম্বা অদুম ওইগনিদনা ? অদোম্না মতুংদা অরান্বা ওইররোইদনা ? মাংদা লৈরিবা অদুনসু অসুম্না খল্লি মদুদি ঐ থক্তনা অচুম্বনি । অদোম্না খঙবা ঙমব্রা ?

## মসি পুম্বা অশোন্বনি

**ৰাহং-হংলিবা :** তৌইগুম্বসুং ঐহাক্না হঙনীংলিবদি মদুদি অনয়ায়গী মথক্তা শাউনীংলবদি, মদুদি অফবনিদনা ? করিগুম্বা ৰাফম অমগীদমক

ঐখোয়না তশেংবা মওংদগী নিয়ায় নত্তবা ওইনা উরাবদি, মতম অদুদা অশাউবনা লুতোন কাবা, মদু মতীক চাব্রা ?

**দাদাশ্রী :** অসিগুম্বনি মসি অশাউবা অমসুং খোয়দৌ-শাউগৎপা (irritation), মসি পুম্নমক অশোন্বনি, ৱীকনেস থক্তনি । জগৎ পুম্বগী মনক্তা মসি অশোন্বসি লৈ ।

কনাগুম্বনা অদোমবু কিহল্লবদি, মদু ওইরবদি নহাক্না অশাউবা ওইদনা?

**ৱাহং-হংলিবা :** অহোয়, অদুম্না ওই ।

**দাদাশ্রী :** মদু ওইরবদি মদু অশোন্বনি হায়গদ্রা নত্রগা থৌনা ফাবা হায়গদ্রা ?

**ৱাহং-হংলিবা :** তৌইগুম্বসুং মফম খরাদদি অশাউবা তৌগদবনি !

**দাদাশ্রী :** নত্তে, নত্তে । অশাউবদি মশামক অশোন্বা অমনি । করিগুম্বা মফমদা অশাউবা তৌগদবনি, মদুদি সংসারগী ৱাফম্নি । মদুদি মশাদগী অশাউবদি চৎতে, মরমদুনা অসুম্না হায়রিবনি মদুদি শাউগদবনি !

## পূক্নীং ফাওবা শোয়দবা মদুনি মথৌনা ফাবা !

**ৱাহং-হংলিবা :** মতম অদুদা ঐগী কনাগুম্বনা ইকায়বা পীরবদি ঐহাক্না শান্তিগা লোয়নন্না ফমগদ্রা, মদুদি অশোন্বনি হায়রোইদ্রা ?

**দাদাশ্রী :** হায়রোই । ওহোহো ! ইকায়ববু থাঙবা, মদুদি মথৌনা লৈবা কৌই ! হৌজিক ঐখোয়বু খোনথিনা চৈরবদি, মদু ওইরবদি ঐখোয়না করিসু ফাওদ্রবদি, মহাক্কী মথক্তা পূক্নীং ফাওবা শোয়দ্রবদি, মদুনি মথৌনা ফবা ! অমসুং মপাংগল লৈতবদি, মখোয় পুম্নমক্না ৱাতা-খোন্দরিদনা, জীব খুদিংমক্না ফুন্দুনা লৈরিসিনিদনা, মদু পুম্বা অশোন্বা কৌগনি । হায়বদি ইকায়বা পীবদুদা শান্তিগা লোয়নন্না থাঙবা মদুনা খ্বাইদগী মথৌনা লৈবনি অমসুং

অসিগুম্বা ইকায়বা পীবা অসি অমুক্তং লানথোক্লবদি, স্টেপ অমা লানথোক্লে, মদু ওইরবদি স্টেপ ১০০ লানথোক্লবগী শক্তি লাকই । অদোম্না জ্ঞান তায়দনা? মাংদা লৈরিবা অদুনা মথৌনা ফাবা ওইরবদি, মহাক্কী মমাংদা অশোন্বদি জীব খুদিংমক্না ওইরি, মদুদি মহাক্কী স্বাভাবিক( মশাগী ওইবা) গুণনি । তৌইগুমসুং করিগুম্বা অশোন্বা মীওইনা ঐখোয়বু অৱাবা পীবা মদুদা মহাকপু ঐখোয়না করিগুম্বা অমত্তা তৌদ্রবদি মতমদুদা মদুবু মথৌনা ফাবা কৌগনি ।

তশেংনমক্কী অশোন্ববু ঙাকশেনগদবনি অমসুং মতীক মথৌনা কনববু থেংনগদবা, তৌইগুম্বসুং মসি কলিয়ুগ অসিদদি অসিগুম্বা মীওই অসি তাংইদনা? হৌজিক্তি অশোন্ববু ফুদুনা লৈরি অমসুং মতীক মথৌনা কন্বদগীদি চেল্লি । মীওই খরাদংনা অসিগুম্না তৌই, অশোন্ববু কনবি অমসুং অকন্বগা থেংনরি । করিগুম্বা অসিগুম্বা গুন লৈরবদি মদুবু ক্ষাত্রিয়া হায়গনি । মসি নত্তনদি সংসার পুন্বনা অশোন্ববু ফুদুনা লৈরি, য়ুমদা চৎতুনা নুপানা লোয়নবিগী মথক্তা মথৌনা ফবা উৎলি । পুন্দুনা লৈরিবা ষনবু ফুরবদি মহাক কদায়দা চৎকনি? থাদোক্লগা ফুরবদি ? চেনথিগনি নত্রগা ময়োক্লগনি।

মশাগী শক্তি লৈজরবসু মীওইবনা মাংদা লৈরিবা অদুবু অৱাবা পীদ্রবদি, ঐখোয়গা য়েংথিন্বা অদুবুসু অৱাবা পীদ্রবদি, মহাক থৌনা ফবা কৌই । হৌজিক কনাগুম্বনা অদোমদা শাউরবদি অমসুং অদোম্না মঙোন্দা শাউরবদি, মদু ওইরবদি মদু মপাংগল লৈতবা কৌরোইদ্রা ? মরমদুনা ঐহাক্না করি হায়বগে হায়বদা মসি অশাউবা-নাপল-মায়া-মীহৌবা, মখোয় পুন্নমক অশোন্বা ঙাক্তনি । মতীক মথৌনা লৈবা অদুদি, মহাক্তি শাউবগী দরকার কদাইদা লৈবগে ? তৌইগুম্বসুং মসিদি অশাউবগী তাপ( মৈশা)মদু পুন্নমক, মদুগী মৈশাদগী মাংদা লৈরিবা অদুবু মখুৎতা লাক্লবা হোৎনৈ, তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা অশাউবা লৈতবা, মহাক্কী মনাক্তা করিগুম্বা অমদি লৈরমগনিদনা? মহাক্কী মনাক্তা ‘শীল’ কৌবা চারিত্র লৈ, মদুদগী শা-ঙাশিংবুসু চিংশিন্বদা লাকই । কৈ-নোংশা, য়েকন্বা পুন্নমক, লান্মী পুন্নমক মখুৎতা লাকই !

# শাউরিবা অদুদি অশোন্বনি !

**ৱাহং-হংলিবা :** তৌইগুম্বসুং দাদাশ্রী করিগুম্বা কনাগুম্বা মীওইনা করিগুম্বা মতমদা ঐখোয়গী মাংদা অশাবা ওইরবদি, মতম অদুদা করি তৌগনি?

**দাদাশ্রী :** অশাবদি ওইগনিদনা ! মহাক্কী মখুৎতা লৈব্রা ? মনুংগী মশীন্নরী মখুৎতা লৈতেদনা ! মসিদি অমবু ওইরে অমবু ওইরে য়ানাবা তৌদুনা মশীন্নরী চৎলি । ইশাগী ইখুৎতা লৈরম্লগদি মশীন্নরী অশাবা তৌহল্লম্মোইদবনি! খজিক্তংফাও অশাবা ওইরবদি, হায়বদি গধা ওইবা, মীওইবা ওইরগসু গধা ওইবা ! তৌইগুম্বসুং অসিগুম্না কনাগুম্বা অমত্তনা তৌরোইনে! ইশাগী খুৎতা লৈতে মদুদা করিবু তৌগনি ?

অসিগুম্বনি, মসি জগৎ অসিদা করিগুম্বা মিৎকুপ অমত্তফাও শাউনবগী মরম লৈতে । কনাগুম্বনা হায়গনি মদুদি, 'মসি নুপামচাসিনা ঐহাক্না হায়বা ইন্দে ।' মদু ওইরবদি মহাক্না শাউনবগী মরম লৈতে । মদুদা অদোম্না ঈংনা লৈদুনা থবক তৌগদবনি । মসিদি নহাক্না অশোন্বা ওইবদগী, মরম অদুনা অশাবা ওইরিবনি । অমসুং অশাবা ওইবসিদি শাথিনা অশোন্বা কৌই । হায়বদি করিগুম্বা অশোন্বা হেন্না ওইরবদি, মতমদুদা অশাবা ওইদনা ! হায়বদি অশাবা ওইবদুদা, মহাক্কী মথক্তা দয়া থমগদবনি মদুদি, মসিনা তোল্লাবা অসিনা অশাউবগী মথক্তা খজিক্তং ফাওবা কন্ট্রোল লৈতে । কনাগুম্বনা মশাগী স্বভাবকী মথক্তা কন্ট্রোল লৈতবা, মহাক্কী মথক্তা দয়া থমগদবনি ।

অশাবা ওইবা হায়বদি করিনো ? হায়বদি অহান্বদা মশাবু চাকপা অমসুং মতুংদা মাংদা লৈরিবা অদুবু মৈ থাদোকপা । মসি মৈখেৎ অসি খেৎলবদি অহান্বদা মশামক ব্রং-ব্রং লাওনা চাকপা অমসুং মতুংদা মাংদা লৈরিবা অদুবুসু চাংহল্লি । হায়বদি অশাবা ওইবসি মশাগী খুৎতা লৈরম্লবদি কনামত্তনা অশাবা ওইরল্লোইদনা ! অশাউববু কনানা পামবগে ? কনাগুম্বনা অসুম্না হায়রবদি, 'সংসারদা করিগুম্বা মতমদা শাউবগী মথৌ তাই ।' মদুদা ঐহাক্না হায়গনি মদুদি, 'নত্তে, অসিগুম্বা মরম অমত্তা লৈতে মদুদা শাউবগী মথৌ তাবা ।' অশাউবা, মদুদি অশোন্বনি, মরমদুনা ওইরিবনি ।

ভগৱান্না(ইশ্বোরনা) মরম অদুনা অশাউববু ‘অশোন্বা’ কৌরি । পুরুষতী কনাবু কৌবগে ? অশাউবা-নাপল-মায়া-মীহৌবা অসিগুম্বা অশোন্বা লৈতবা মহাক অদুবু, মহাকপু ভগৱান্না পুরুষ কৌরি । হায়বদি মসিদা উরিবা পুরুষশিং মখোয়বুসু অশোন্বা কৌরি ; তৌইগুম্বসুং মহাক্না ইকায়বদি ফাওদে, মরমদুনা ফৈ, নত্ত্রগদি অশোন্বা কৌরগদি ইকায়বা ফাওইদনা? ইরুজন্বা ঈশিং থল্লবদি ইরুজৈ । চাক-চাবা, ইরুজবা, তুম্বা মসিদা পুম্নমক ভান লৈ, তৌইগুম্বসুং অতোপ্পদি ভান লৈতে । মীওইবা ওইববু খ্বাইদগী অৱাংবা ভান কৌরি মদুদি মসি ‘পুকচেল-চাওবা চিং-লেম্বা পুরুষ’নি, অসিগুম্বা পুকচেল-চাওবা চিং-লেম্বা অসি মীয়াম্না উবা ঙম্বা, মদুগী ভানদি লৈতে ।

অশাউবা-নাপল-মায়া-মীহৌবা মসিদি উবা ঙম্বা অশোন্বনি অমসুং য়াম্না শাউরবদি মতম অদুদা মসি থুৎ-খোং অসিগুম্না নিকপা উদব্রানে অদোম্না ?

**ৱাহং-হংলিবা :** হকচাংনসু তৌগনু হায়রি মদুদি নহাক্না অশাউবা তৌগদবা অদুগুম্বা নত্তে ।

**দাদাশ্রী :** অহোয়, হকচাংনসু য়ানীংদে মদুদি ‘মসি ঐখোয়দা লেমজদে।’ মরম অদুনা অশাউবা অসি খ্বাইদগী অচৌবা অশোন্বা কৌই ! মরমদুনা অশাউবা লৈরোইদবনি ঐখোয়দা !

## তায় পর্সনালিটী, অশোন্বা লৈতবা অদুগী !

**ৱাহং-হংলিবা :** কনাগুম্বা মীওইনা অঙাং অপীকপবু য়াম্না কন্না ফুরবদি অমসুং মতমদুদা ঐখোয়না মদুদগী চৎপা ওইবা, মতম অদুদা মীওই অদুবু অসিগুম্না তৌদন্বা অমসুং মহাক্না লৌদ্রবদি অরোইবদা চৈদুনা নত্ত্রগা শাউদুনা লেপহলগদ্রা নত্ত্রগা লেপহল্লোইদ্রা ?

**দাদাশ্রী :** শাউরবসু মহাক্না ফুদনদি তোক্লোই । অরে, অদোমবুসু ফুগনিদনা ! মদু ওইজরবসু অদোম্না মহাক্কী মথক্তা করিগীদমক্কী শাউরিবনো?

মহাকপু তপ্পা লৈদুনা হায়য়ু, ব্যবহারগীদা ওইবা ৱারী ৱাতাই শান্নৌ । মসি নত্তনদি, মাংদা লৈবা অদুদা শাউবা মদুদি ৱিক্লেশনি !

**ৱাহং-হংলিবা :** মদু ওইরবদি অঙাংদুবু ফুহনগদ্রা ?

**দাদাশ্রী :** নত্তে, মদুদা চৎতুনা ঐখোয়না হায়গদবনি, ‘ইবুংঙো, করিগীদমক্তা অদোম্না অসুম্না তৌরিবনো ? মসি অঙাং অসিনা অদোমগী করিবু মাঙহন্বগে ?’ অসিগুম্না খঙহন্দুনা ৱারী শাগদবনি । অদোম্না মহাক্কী মথক্তা শাউরবদি মদু ওইরবদি মসি অশাউবা অসি অদোমগী অশোন্বনি । অহানবদা অশোন্বা ইশাদা লৈরোইদবনি । কনাগুম্বা অমদা অশোন্বা লৈত্রবদি মহাক্কী পর্সনালিটী তায়দনা ! মহাক্কদি অসিগুম্না, চুম্না ইচম-চম্বা মওংদা হায়রবদি, মদু ওইরবদি পুন্নমক্না য়াবা ওইগনি ।

**ৱাহং-হংলিবা :** করিগুম্বা য়াদবা ওইবসু য়াই ।

**দাদাশ্রী :** য়াদ্রিবা, মদুগী মরম করিনো ? অদোমগী পর্সনালিটী মমি তাদবদগীনি । মরমদুনা অশোন্বা অসি লৈরোইদবনি, চারিত্র লৈবা ওইগদবনি। মেন ওফ পর্সনালিটী ওইগদবনি ! গুন্দা লাক্ষ কয়া অমা মহাকপু উবদা চেল্লী ! মসি শাউগন্দুনা লৈবা মীওইবদদি কনামত্তনা চেন্দে, ওন্না-তৈন্বদা হেন্না ফুগনি ! সংসারদদি অশোন্ববু ফুইদনা !

মরমদুনা মেন ওফ পর্সনালিটী ওইগদবনি । পর্সনালিটী করম কান্দা লাক্কনি ? বিজ্ঞান খঙলবা মতমদা পর্সনালিটী লাকই । মসি জগৎতা কাওবা ওইরিবা মদু (রিলেতীব) জ্ঞাননি অমসুং কৈদৌঙৈদফাও কাওদবা মদুদি বিজ্ঞান্নি !

## অশাবদগী হেন্না শাথি ঊন

নহাক্না খঙব্রা, ঊন তাবা অসি ? ঊন হায়বদি য়াম্না ঈংবা ওইদনা? মদুগী ঊন্দগী ঊ পাম্বী চাকথেকই, পুন্নমক লাশিং পাম্বি-নাপী পুন্নমক চাকথেকই । অসিগুম্বা অসি নহাক্না খঙব্রা ? মসি করিগীদমক্তগী অঈংবনা চাকথেক্লিবনো ?

**ৱাহং-হংলিবা :** ‘ওবর লিমিট’ ঈংবনা মরম্না ।

**দাদাশ্রী :** হোয়, মরম অদুনা নহাক্না ঈংলবদি অসিগুম্বা ‘শীল’ ফাওগৎপা ওই ।

## অশাউবা লৈত্রবদুদা মতীক-মগুন লৈ !

**ৱাহং-হংলিবা :** তৌইগুম্বসুং দাদা, হেন্না ঈংলবদি মদুসু অশোন্বা অমনিদনা ?

**দাদাশ্রী :** হেন্না ঈংবগী মথৌ তাদে । ঐখোয়গীদি লিমিটতা লৈগদবনি, মদুবু ‘নোর্মালিটী’ কৌই । হায়য়ু নোর্মল ইজ দ ফীবর, অবফ নোর্মল ইজ দ ফিবর, ৯৮ ইজ দ নোর্মল । মরম অদুনা ঐখোয়না নোর্মালিটী দরকার ওই ।

অশাউবা মীওই নত্তবিদা শাউদবা মীওই অদুবু মীয়াম্না হেন্না কীবা ওই । মসিগী করি মরমনো ? অশাউবা লৈত্রবদি হায়বদি মতীক-মগুন লৈবা ওই, মহৌশাগী নিয়মনি অসিগুম্না ! নত্রগদি মহাক্কী ঙাকথোক্লবা কনামত্তা ফংলোইদনা ! অশাউবদি ঙাকথোকপা ওই, অজ্ঞান দশাদা ঙাকথোকপা অশাউবদগী ওইবা ওইদনা ।

## খোয়দৌ-শাউগৎকন্বগী নম্বর অকোন্বা

**ৱাহং-হংলিবা :** মরম-চানা খোয়দৌ-শাউগৎপা(irritation) নত্রগা মরম-চানা শাউবা, অফব্রা নত্রগা ফত্তব্রা ?

**দাদাশ্রী :** মীয়াম্না মহাকপু করি হায়গনি ? মসি অঙাংশিংনসু মহাকপু হায়গনি মদুদি, ‘মসিদি খোয়দৌ-শাউগৎকন্বনি !’ খোয়দৌ-শাউগৎকন্বা অসি অপঙবনি, ফুলিশনেশনি ! খোয়দৌ-শাউগৎকন্বা অসি অশোন্বা হায়না কৌই। অঙাংশিংদা করিগুম্বা হংলবদি, ‘অদোমগী পপ্পাদি করম তৌরিবগে ?’ মতম অদুদা মহাক্লসু হায়গনি, ‘মহাক্তি য়াম্না খোয়দৌ-শাউগৎকন্বনি ।’ হায়য়ু,

হৌজিক ইজৎ হেঙ্গৎপ্রা নল্লগা হন্থব্রা ? মসি অশোন্বা অসি লৈরোইদবনি । হায়বদি মরম-চাবা ওইবা মফমদুদা, মদুদা অশোন্বা লৈরোই ।

য়ুমদা অপিকপা অঙাংদা হংলবদি, 'নহাক্কী য়ুম্দা অহান্বা নম্বর কনাগীনো?' মতম অদুদা অঙাং অদুনা পুথোকই মদুদি ঐহাক্কী ইমা খোয়দৌ-শাউগৎকন্দে, মরমদুনা খ্বাইদগী ফবা মহাক্কি, অহান্বা নম্বর মহাক্কী । মতুংদা অনিসুবা, অহুমসুবা অসুম খিদুনা পপ্পাগী নম্বর খ্বাইদগী অকোন্বদা লাকই!!! করিগীদমক্তা ? মরমদি মহাক খোয়দৌ-শাউগৎকন্বনি । খোয়দৌ-শাউগৎকন্বনি মরমদুননি । ঐহাক্কা হায় মদুদি, 'পপ্পা পৈশা পুরক্তুনা শিজিন্নে মদু ওইরবসু মহাক্কী অরোইবা নম্বর ?' মদুদা মহাক্কা 'হোয়' হায় । হায়য়ু হৌজিক, কন্না হোৎনদুনা থবক ৱানা শুই, পীজৈ, পৈশা পুরক্তুনা পী, মদু ওইরবসু অরোইবা নম্বর ঐখোয়গী থক্তা ওইনা লাকই ?

## অশাউবা হায়বদি মীৎউদবা

**ৱাহং-হংলিবা :** মীওইবগী মনুংদা অশাউবা থোকপগী অচম্বা মওংদা মরু ওইবা হৌরকফম করি ওইবা য়াবগে ?

**দাদাশ্রী :** উদবদগী ! মীওইবনা ফক্লাং করাম্বা মতমদা থেংগায় ? মহাক্কা ফলাং উদ্রবা মতম অদুদা থেংগায়দনা ? অসিগুম্না মনুংদা উবা লেপ্পী মরম অদুনা মীওইবদগী অশাউবা ওই । মমাংগী লম্বী উদবা মরমনা অশাউবা ওই ।

## সুঝ তাদ্রবা, মতমদা অশাউবা

অশাউবা করম্বা কান্দা লাকই ? মতম অদুদা হায়, ডর্শন(উবা) থিংলবা কান্দা হায়বদি জ্ঞান থিংজিল্লী, মরমদুনা অশাউবা ওই । নাপল (pride) অসিসু অসিগুম্বনি । ডর্শন থিংজিল্লী, হায়বদি জ্ঞান থিংজিল্লী, মতম অদুনা নাপল অসি লেপতুনা লৈ ।

**ৱাহং-হংলিবা :** খুদম পীদুনা তাকপীয়ু মদু ওইরবদি লায়গনি ।

**দাদাশ্রী :** ঐখোয় মীয়াম্না হায়নৈদনা মদুদি করিগী অসুক য়াম্না শাউরিবনো ? মতম অদুদা হায়, 'করিসু ঐহাক্কা সুঝ(intuition) তাদে মরম

অদুনা অশাউবা অসি ওইখ্রে ।' হোয়, সুঝ অমত্তফাও তাদ্রবদি মতম অদুদা মীওইবনা অশাউবা ওই । কনাগুম্বনা সুঝ তাবা মহাক্কা অশাউবা ওইব্রা ? শাউবা ওইরবদি মদুগী অশাউবদুনা অহান্বা প্ররাইজ কনাবু পীবগে ? শন্দোক্লক্লিবা মফম অদুদগী, মদুদা অহান্বদা মশাবু চাকহল্লী । মতুংদা অতোপ্পবুসু চাকথেকহল্লী ।

## অশাউবগী মৈরিদগী চাকহল্লী স্ব (মশা)-পর (অতোপ্পা)বু !

অশাউবা হায়বদি ইশামক্কা ইশামক্কী য়ুমবু মৈনা চুবা । মশাগী ময়ুম অদুদা চারু পৈবা অমসুং মৈনা চুরবদি, মদুগী মমীং অশাউবা । হায়বদি অহান্বদা মশাবু চাকই অমসুং মতুংদা য়ুমথংনবসু চাকহল্লী ।

অচৌ-অচৌবা চরুগী মপুন কনাগুম্বনা লৌবুক্তা মপৈ পৈদুনা থম্বা, তৌইগুম্বসুং মৈখেৎ অমনা চুরবদি করি ওইগনি ?

**ৱাহং-হংলিবা :** চাকথেক্কনি ।

**দাদাশ্রী :** অসিগুম্মা অমুক্তং শাউবদগী পুন্নমক, চহী ২দা তানবা পুন্নমক উৎ ওইনা ওল্লি । অশাউবা হায়বদি ব্রং-ব্রং লাওনা চাকপা মৈরি। মদুবু ইশানা খঙবা ঙমদে মদুদি ঐহাক্কা উৎ ওইনা ওনহল্লী । মরমদি মপানগী পোৎশিংদি হন্দদে, তৌইগুম্বসুং মনুংদা পুন্নমক পুম-তাক তাকই, মথংগী মপোক্কী তায়ারি পুন্নমক তৌবশিংদু, মদুদগী খরাদি শিজিন্নে । অমসুং মতুংদা হেন্না শিজিন্নরবদি করি ওইগনি ? মসিদদি মীওইবা ওইথি, মতমদুদা তন চাই মতুংদা মফম অদুদা চরু(নাপী) চানবা(শা-ঙাগীদা)চৎপা ওইরি। মসিদা তন থাদোক্তুনা নাপীচানবা চৎপা ওই, মদুবু অফনি হায়গদৌরিব্রা ?

ৱর্ল্ডদা মীওই কনামত্তনা অশাউববু মায়পাকপা ঙমদ্রি । অশাউবগী মখল অনি লৈ, অহান্বদা *কদাপা* (খৎনবা)মওংদা অমসুং অনিসুবদা, *অজমপা* (লাংতক্লবা)মওংদা । কনাগুম্বনা অশাউববু মায়পাকপা ঙমলিবসি মদু *কদাপা* মওংদা মায়পাক্লি । মসিদা অসুম্না ওই মদুদি অমবু নমথরবদি মদুনা অতোপ্পা অমদুবু হেঙ্গৎলি অমসুং হায় মদুদি 'ঐহাক্কা অশাউববু মায়পাকপা ঙমলে',

মরমদুনা নাপল হেঙ্গৎলি । তশেংনমক্কী অশাউবা মপুংফাবা মওংদা মায়পাক্তে। দ্রশয়(মিৎনা উবা ঙম্বা) অশাউববু পায়-পাকপা ঙম্লে, অসিগুম্না হায়গনি ।

## *তান্তো* মদুবু কৌই অশাউবা!

অশাউবদা *তান্তো* (কুইনা শাংনা থোকখ্রবা থৌদোক অমবু নীংশিংদুনা লৈবা)লৈরগদি, মদুবু অশাউবা কৌই । খুদম ওইনা হায়রবদা, মতৈ-মনাও নুমিদাংদা ফজনা থৎনরে, অশাউবা ফজনা ফোং-ফোং লাওনা পোকখায়বা ওই, নুমিদাং পুম্বা অনিমক তুমদনা মীৎ-পাংদুনা তাদুনা লৈ । অয়ুক্তা লোয়নবীনা চাগী কপ থরা য়ৈদুনা থম্মী । মদুদা নীপা অদুনা থঙঙি মদুদি হৌজিক ফাওবা *তান্তো* লৈ ! মসিনি অশাউবা । মতুংদা *তান্তো* য়াম্না কুইরাবা ওইজরবসু । অরে, কনাগুম্বনা পুন্সি চুপ্পা ওই ! মপানা মচাগী মায়থোং য়েংদে অমসুং মচানা মপাগী মাইথোং য়েংদে ! অশাউবগী *তান্তো* অসিদি হোংলিবা মায়থোংগী মথক্তগী থঙবা ঙম্মী ।

*তান্তো* মসিদি অসিগুম্বা পোৎনি মদুদি চহী ১৫ গী মমাংদা ঐহাকপু ইকায়বা পীথিবা ওইরবদি, মহাক্না চহী ১৫ ফাওবা ঐহাক্কা উনদবা, মদুগী মীওই অদুগা ঐহাক্কা ঙসি থেংনরবদি, তৌইগুম্বসুং ঐহাক্কা হেক উনবগা ঐহাক্না পুন্নমক নীংশিংবা ওই মদু '*তান্তো* '। মসি নত্তনদী *তান্তো* অসি কনামত্তগী মাঙবা ঙমদে । অচৌ-অচৌবা সাধু মহারাজশিংসু *তান্তো* ওইবা ঙাক্ত, নুমিদাংদা অদোম্না করিগুম্বা খোয়দৌ-শাউগৎপা তৌবা ওইরগদি, মদু ওইরবদি নুমিৎ ১৫নি-১৫নি ফাওবা ৱা-ঙাংদে । মদু *তান্তো* !

## খেন্নবা, অশাউবা অমসুং খোয়রাং-খোয়শাউন্নবগা

**ৱাহং-হংলিবা :** দাদাজী, (গুসসা)খোয়রাং-খোয়শাউন্বা অমসুং ক্রধ (অশাউবা) অসিদা করি খেৎনবগে ?

**দাদাশ্রী :** 'অশাউবা' মদুগী মমিং কৌই মদুদি মদুদা অহংকার য়াওদুনা লৈবা । খোয়রাং-খোয়শাউন্বা অমসুং অহংকার অনি অসি পুনশিল্লবকান্দা 'অশাউবা' কৌই অমসুং অঙাংশিংগা লোয়ন্না মপা অদুনা খোয়রাং-

খোয়শাউনরবদি মদু অশাউবা কৌদে । মদুগী অশাউবদুদা অহংকার পুনদে। মরমদুনা মদু খোয়রাং-খোয়শাউন্বা কৌই । মতম অদুদা ভগৱান্না হায় মদুদি ইবুংঙো, ‘মহাক্না খোয়রাং-খোয়শাউন্বা তৌরি তৌইগুম্বসুং মদুগী পুন্য তুংশিল্লু।’ মতমদুদা হায়, মহাক্না খোয়রাং-খোয়শাউন্বা তৌরবসু ? মতম অদুদা হায়, নত্তে, অশাউবা তৌরবদি পাপনি, খোয়রাং-খোয়শাউন্বদা পাপ লৈতে । অশাউবদা অহংকার য়াওদুনা লৈ অমসুং অদোমগী খোয়রাং-খোয়শাউন্বা ওইদনা, মতম অদুদা মনুংদা অদোম্না নুংঙাইতবা ফাওইদনা ?

অশাউবা-নাপল-মায়া-মীহৌবা মখল অনি লৈ ।

অশাউবা মখল অমনা শেমদোকপা য়াবা-নিৱার্য়া । কনাগুম্বা অমগী মথক্তা অশাউবা লাক্লবদি মদুবু মনুংদা অদুম চুমথোকপা য়াবা অমসুং মহাকপু ইংথহন্বা ঙম্বা মদু চুমথোপা য়াবা অদুগুম্বা অশাউবা । মসি স্টেজ অসি য়ৌরবদি ব্যাবহার য়াম্না ফজবা ওই !

অনিসুবা মখলগী অশাউবা মদু শেমদোকপা ঙমদবা-অনিৱার্য়া । য়াম্না কন্না হোৎনরবসু তৌইগুম্বসুং বোমবুলা পোকখায়দনদি তোক্তে ! মদু শেমদোকপা ঙমদবা অনিৱার্য়া অশাউবা । মসি অশাউবা অসি মশাগী অমাংবা তৌই অমসুং মাংদা লৈরিবা অদুগীসু অমাংবা তৌই !

ভগৱান্না কদায় ফাওবা অশাউববু য়ানীংলি সাধুশিংগীদমক্তা অমসুং চারিত্রা লৈবশিংগীদমক্তা ? মদুদি মাংদা লৈরিবা মীওইবা অদুবু অৱাবা ওইদ্রবদি, মদুগী অশাউবা অদুখৈ ভগৱান্না চৎনহল্লি । ঐহাক্কী অশাউবা ঐহাক খক্তবু অৱাবা পী তৌইগুম্বসুং অতোপ্পা কনামত্তবু অৱাবা ওইদবা অশাউবা মদুখৈ চৎনহল্লি ।

## থঙলিবা মহাক অদুবু থিদোকউ !

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐখোয় পুম্নমক থঙই মদুদি মসি অশাউবা লাক্লি অসি অরান্বনি । মদু ওইজরবসু...

**দাদাশ্রী :** অসিগুম্বনি অশাউবা ওইরিবা মীওই অদুদি মহাক্তি খঙদে। মীহৌচাওবা মহাক্তি খঙদে, নাপল লৈবা মহাক্লসু খঙদে, খঙবা মীওই অদুদি তোংঙাল্লি। অমসুং মখোয় ময়ামশিংগী পূক্নীংদা অসুন্না খন্বা ওই মদুদি 'ঐনা খঙই' মদু ওইজরবসু করিগীদমক থোক্লিবনো ? হৌজিক 'খঙই' মসি কনানো? মদুদি খঙদে । 'কনানা খঙলিবনো' মদু খঙদে, মদু খক্তা থিদোক্কদবনি । 'খঙলিবদু'বু থিদোক্তুনা পুথোক্লবদি মদু ওইরবদি পুম্নমক চৎথিগনি অসুগুম্বনি। খঙদেদনা, খঙবদি মদুবু কৌই মদুবু চৎথ্রবদি, লেপতুনা লৈতে ।

## সময়ক উপায়, খঙলো অমুক্তং

**ৱাহং-হংলিবা :** মদুবু খঙলবসু অশাউবা থোক্লি, মদুগী উপায় করিনো?

**দাদাশ্রী :** কনানা খঙবগে ? খঙলবা মতুংদা শাউবদি শুংওই ওইথোক্লোই । অশাউবা থোকপা মরম্না খঙদে, অহংকার খক্তা তৌই মদুদি 'ঐনা খঙই' ।

**ৱাহং-হংলিবা :** অশাউবা থোক্লবা মতুংদা খঙই মদুদি ঐখোয়না অশাউবা অসি তৌরোইদবনি ।

**দাদাশ্রী :** নত্তে, তৌইগুম্বসুং খঙলবা মতুংদা অশাউবা থোক্লোই । ঐখোয়না মসিদা বোতল ২থম্বা, মদুদা কনাগুম্বা অমনা জ্ঞান তাহল্লবদি মদুদি মসি হিদাক্লি অমসুং অতোপ্পা বোতলদুনা হুনি । অনিমক চপ-মান্না উই তৌইগুম্বসুং মদুদা শোয়রবদি খঙইদনা মদুদি মহাক্লা খঙদে ? শোয়দ্রবদি হায়গনি মদুদি খঙই, অসিগুম্না অশাউবা থোক্লি মতম অদুদা করিসু খঙদে অমসুং কানদবদা খঙবগী অহংকার পুদুনা কোয়দুনা লৈরি । অঙান্বদা খুদি থিজিনব্রা ? মরম অদুনা খুদি থিজিলিবা ফাওবা খঙদে । মসিদি অমম্ববু অঙানবনি হায়রি মদুদি ঐখোয়গী অরান্বনি । মরমদুনা সতসঙ্গদা ফমদুনা 'খঙউ' অমুক্তং; মতুংদা অশাউবা-নাপল-মায়া-মীহৌবা পুম্নমক চৎথিগনি ।

**ৱাহং-হংলিবা :** অশাউবদি মীয়াম পুম্নমক্কা থোকপা ওইদনা !

**দাদাশ্রী :** মসি ইবুংঙো অসিদা হংউ, মহাক্তি নত্তে হায়রি ।

**ৱাহং-হংলিবা :** সতসঙ্গদা লাক্লবা মতুংদা অশাউবা থোক্তেদনা !

**দাদাশ্রী :** মদুগুম্না ? মহাক্না করি হিদাক থকপগে ? দুৱেষ(য়েংথিনবা)কী মরু মাংথিনবা অদুগুম্বা হিদাক থক্লি ।

## জ্ঞানবু খঙজিন্দুনা

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐহাক্কী কনাগুম্বা নক্লবা, মহাক্কী মথক্তা ঐহাক্না অশাউবা ওইরবদি । মহাক্কী দ্রষ্টীদা করিগুম্বা অচুম্বা ওইবসু য়াই । তৌইগুম্বসুং ঐহাক্না ঐগী দ্রষ্টীদগী অশাউবা ওইরি, মদু ওইরবদি করি মরমদগী অশাউবা ওইরিবনো ?

**দাদাশ্রী :** অদোম্না লাকপা অমসুং মসিগী য়ুম অসিদগী নুঙ অমা কোক্তা তারক্লবদি অমসুং ঈ-থোক্লবদি, মদু ওইরবদি মদুগী মতমদুদা কা-হেন্না শাউগদ্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** শাউরোই, মদুদি 'হেপন'(থোক্লিবা)নি ।

**দাদাশ্রী :** নত্তে, তৌইগুম্বসুং মদুদা করিগী শাউদ্রিবনো ? হায়বদি করিগুম্বা মশানা কনাগুম্বা অমত্তবু উদ্রবদি, হায়বদি অশাউবা করম্না থোক্কনি?

**ৱাহং-হংলিবা :** কনাগুম্বনা খঙনা-খঙনা থোম্বা নত্তে ।

**দাদাশ্রী :** অমসুং হৌজিক মপান্দা চৎলবদি অমসুং কনাগুম্বা অঙাং অমনা করিগুম্বা নুঙনা থোল্লবদি, মদুনা পান্দুনা অমসুং ঈ-থোক্লবদি, মদু ওইরবদি মঙোন্দা শাউই, মদুদি করিগীনো ? 'মহাক্না ঐঙোন্দা নুঙনা থোম্বা, মরম অদুনা ঈ থোক্লি' মরমদুনা শাউরিবনি 'নংনা করিগী থোল্লিবনো ?' অমসুং করিগুম্বা চীংদোন্দগী ওন-ওন্দুনা নুঙ তারক্লবদি অমসুং কোক্তগী ঈ-চেন্থরক্লম্মী, মদুদা য়েংই তৌইগুম্বসুং শাউবদি তৌদে ।

মসিদি মহাক্কী পূক্নীংদা অসুম্না থল্লি মদুদি মহাক্কা তৌরিবনি । কনাগুম্বা মীওইনা খঙনা-খঙনা থোম্বা ঙমদে । মরম অদুনা চীংদোন্দগী ওন্দুনা তাবা অমসুং মসি মীওইসিনা নুঙনা থোম্বা অনি অসি চপ-মান্নে । তৌইগুম্বসুং লান্না-থাজবনা মরম ওইদুনা অসুম্না উই মহাক্কা তৌরিবনি । মসি ৱর্ল্ড অসিদা কনাগুম্বা মীওই অমত্তবু থোং-হাম্বা ঙম্বগী শক্তি লৈতে ।

করিগুম্বা ঐখোয়না খঙলবদি মদুদি খঙনা-খঙনা থোম্বা নত্তে, মদু ওইরবদি মদুদা শাউবা ওইদে । মতুংদা হায়, 'ঐঙোন্দা অশাউবা লাকপা ওই । ঐগী স্বভাব শাউগন্ননি ।' অপং, স্বভাবতগী অশাউবা লাকপা নত্তে। পোলিস ওইবশিংগদি করিগীদমক্কী লাক্তবগে ? পোলিস ওইবশিংনা চৈরবদি মদুগী মতমদা করিগীদমক অশাউবা লাক্ত্রিবনো ? মহাক্কা লোয়নবিদা ওইনা শাউবা ওই, অঙাংগী মথক্তসু শাউবা ওই, য়ুমথংনবগসু, 'অন্ডরহেন্ড'গী মথক্তা শাউবা ওই তৌইগুম্বসুং 'বোস'কী মথক্তা করিগীদমকী লাক্ত্রিবনো ? অশাউবা অসুম হেক্তা স্বভাবতগী মীওইবনা অশাউবা লাকপা ঙমদে । মসিদি মহাক্কা মহাক্কী পূক্নীংগী মতুং ইন্না তৌনবগীনি ।

**ৱাহং-হংলিবা :** করম তৌনা কন্ট্রোল তৌগনি ?

**দাদাশ্রী :** জ্ঞান্দগী । মসি অদোমগী মাংদা লাক্লিবসি, মসিদি *নিমিত্ত*নি অমসুং অদোমগী কর্মগী মহৈ পীরি । মহাক্তি *নিমিত্ত* ওইরে । হৌজিক অসুম্না খঙলবদি অশাউবা কন্ট্রোল লাকই । মদুদা নুঙ অদুনা চীংদোন্দগী তারক্লি, অদুগুম্না য়েংলি মতম অদুদা অশাউবা কন্ট্রোলদা লাকই। মদু ওইরবদি মসিদসু খঙবা মথৌ তাই মদুদি ইবুংঙো, মসি পুম্বা চীংগুম্বা ঙক্তানি ।

লম্বীদা কনাগুম্বনা গাড়ী থৌবা অমনা অরান্বা লম্বীদগী অদোমগী মাংদা লাক্লবদি, মদু ওইরবদি খৎনদেদনা ? অশাউবা তৌদেদনা ? করিগীনো? অদোম্না থেংগায়দুনা থুদেকউ মহাকপু, অসুম্না তৌব্রা ? তৌদে। মদু ওইরবদি মদুদা করিগী তৌদ্রিবনো ? মদুদা খঙই মদুদি ঐ শিগনি । অরে ইবুংঙো, মদুদগী হেন্না মসি শাউবদগী হেন্না শিবা ওই, তৌইগুম্বসুং মসি চিত্র অসিদি উবা ঙমদে অমসুং মদুনা ইফোং-ফোংনা উই, অসি থক্তনি

খেন্নবা ! লম্বী মথক্তদি থেংগায়নবা তৌদে ? শাউবসু তৌদে, মাংদা লৈরিবা অদুগী অরান্বা ওইবরসু?

**ৱাহং-হংলিবা :** তৌদে ।

**দাদাশ্রী :** অসিগুম্না পুন্সিদসু খঙবা মথৌ তাই ।

## মহৈদি, কোজেজ ওনথোক্লবা কান্দা ওনথোক্কনি !

নুপা অমনা ঐঙোন্দা হায় মদুদি, 'মপোক কয়াদগী অশাউববু লৌথোক্লি, তৌইগুম্বসুং মসি অশাউবা অসিনা করিগী চৎত্রিবনো ?' মতম অদুদা ঐহাক্না হায়, 'অদোম্না অশাউববু লৌথোক্লবগী উপায়বু খঙদবদগীনি।' মতম অদুদা হায়, 'অশাউববু লৌথোক্লবগী উপায়দি শাস্ত্রদা ইরিবা মদু পুন্নমক পাংথোক্লি, মদু ওইজরবসু অশাউবদি চৎতে ।' মতম অদুদা ঐহাক্না হায়, 'সময়ক উপায় ওইগদবনি ।' মদুদা হায় মদুদি, 'সময়ক উপায়দি য়াম্না পারে, তৌইগুম্বসুং মসিদা করিসু কনাবা ফংদে ।' মতুংদা ঐহাক্না হায় মদুদি, 'অশাউববু থিংনবা উপায় থিবা অসি অপঙবনি, মরমদি মসি অশাউবদি মহৈনি । মসিগুম্না পরিক্ষ্য অদোম্না পীবা ওই অমসুং রিজল্ট লাকই, হৌজিক ঐহাক্না রিজল্টবু মাঙনবা উপায় তৌরবদি, মদুগুম্বা ৱাফম্নি । মসি রিজল্ট লাক্লিবসি করিগী পরিনামনো, মদুবু ঐখোয়না হোংদোকপা মথৌ তাব্রা ।'

ঐখোয়গী মীয়াম্না করি হায়নবগে মদুদি, 'অশাউববু নমথৌ, অশাউববু লৌথোকউ ।' অরে, করিগীদমক্কী অসুম্না তৌরিবনো ? মরম লৈতনা কোক চাকহল্লীবনো ! মদু ওইজরবসু অশাউবদি মাঙদে ! মদু ওইজরবসু মহাক্না হায়গনি, 'নত্তে সাহেব, অশাউবা থরাদি নমথখ্রে ।' অরে, মখোয়না মনুংদা লৈরিবমখৈ, মতম অদুফাও মদুবু নমথবা কৌরোই । মতুংদা মদুগী নীপা অদুনা হায় মদুদি, অদোমগী নাক্ত অতোপ্পা করি উপায় লৈবগে ?' ঐহাক্না হায়, 'হোয়, উপায় লৈ, অদোম্না তৌগদ্রা ?' মতম অদুদা মহাক্না হায়, 'হোয়।' মতম অদুদা ঐহাক্না হায়, 'অমুক্তংদি 'নোট' তৌ মদুদি মসি সংসার অসিদা মরু ওইনা কনাগী মথক্তা অশাউবা লাকপগে ?' অশাউবা লাকপা মফমশিংদুদা, মদুবু 'নোট' তৌশিল্লু অমসুং কদায়দনা অশাউবা লাক্তবগে

মদুসু খঙজিল্লু । অমুক্তং লিস্ট শেম্মু মদুদি মসি মীওই অসিদা অশাউবা লাক্তে । কনাগুম্বনা মঙোন্দা অশোয়বা তৌরবসু মহাক্কী মথক্তা শাউদে অমসুং কনাগুম্বনা অচুম্বা তৌরবসু, তৌইগুম্বসুং মহাক্কী মথক্তা অশাউবা লাকই । হায়বদি করিগুম্বা মরমদি লৈরমগনিদনা ?

**ৱাহং-হংলিবা :** মহাক্কীদমক্তা পূন্নীংদা গ্রন্থি (opinion চাবুন অমা) শেল্লমলগনি ?

**দাদাশ্রী :** হোয়, গ্রন্থি শেল্লমগনি । মদুগী গ্রন্থি অদুবু থাদোক্লবগীদমক হৌজিক করি তৌগনি ? পরিক্ষ্যদি পীখ্রে । মহাক্কা লোয়ন্না অশাউবা থোক্কদবশিংদু মদুগা চপ-মান্না থোক্কনি অমসুং মহাক্কীদমক গ্রন্থিসু শেমখ্রে, তৌইগুম্বসুং হৌজিক্তি ঐখোয়না করি তৌগনি ? কনাগুম্বা অমগী মথক্তা অশাউবা লাক্লবদি, মহাক্কীদমক পূন্নীংদা ফত্তবা থমলোয়দবনি । পূন্নীংদা শেমদোক্কদবা মদুদি, ‘ইবুংঙো, ঐহাক্কী প্রারবধ(মমাংমপোক্কী কর্মগী মহৈ)গী হিসাব মতুং ইন্না মসি মীওই অসিনা অসুন্না তৌরি । অসুম তৌনা পূন্নীংবু শেমদোক্কদবা । পূন্নীংবু শেমদোক-শেমদোক্তুনা তৌগদবনি অমসুং মাংদা লৈরিবা অদুগা লোয়ন্না পূন্নীং শেমদোক্কনি মরম অদুনা মতুংদা মহাক্কা লোয়ন্না অশাউবা লাকপা লেপলি । মতম খরাফাও মমাংগী ইফেক্টনি, মমাংগী ইফেক্ট, মদুগী ইফেক্ট মদুমখৈ পীদুনা মতুংদা লেপকনি।

মসি য়াম্না কুপ্পা ৱাফম্নি অমসুং মীয়াম্না মসিবু উদে । পুম্নমক্কী উপায়দি লৈদনা ? উপায় লৈতবদি জগত্তা লৈতেদনা ! জগত্তি রিজলবু মাঙহন্নবা তৌরি । মরম অদুনা অশাউবা-নাপল-মায়া-মীহৌবগী উপায় অদুদি মসিনি । রিজল অদুদা করিসু তৌগনু, মহাক্কী কোজীজ অদুবু মাঙহল্লু, মদু ওইরবদি মসি পুম্বা চৎথ্রনি । মরম অদুনা মশামক ৱাখল থন্বা হৈগদবনি। নত্রগদি অজাগ্রতি ওইরগদি করম তৌনা উপায় তৌগনি ?

**ৱাহং-হংলিবা :** কোজীজ করম তৌনা মাঙহনগনি, মদুবু অমুক হন্না খঙহন্বিয়ু !

**দাদাশ্রী :** মসি ইবুংঙো অসিগা লোয়ন্না ঐহাক্না অশাউবা লাক্লবদি মতুংদা ঐহাক্না লেপকনি মদুদি মহাক্না লোয়ন্না অশাউবা লাকই, মদু ঐহাক্কী মমাংগীনি মহাক্কী অরান্বা য়েংবগী রিজলনি । হৌজিক মহাক্না অরান্বা তৌরিবশিংদু পুক্নীংদা থমদ্রবদি মতুংদা মহাক্না লোয়ন্না থোকপা অশাউবা লৈররোই, তৌইগুম্বসুং মমাংগী পরিনাম থরা লৈবশিংদু মদুম্থে লাকই, তৌইগুম্বসুং মতুংদা অতোপ্পা লাক্কদৌবা লেপ্পী ।

**ৱাহং-হংলিবা :** অতোপ্পাগী অরান্বা য়েংবদগী, মদুদগী অশাউবা লাকইবা ?

**দাদাশ্রী :** হোয় । মদুগী অরান্বশিংদু য়েংবদগী, মদুসু ঐখোয়না থংজিনগদবনি মদুদি মসিবুসু অরান্বা পরিনামনি । মরম অদুনা মসি অরান্বা পরিনাম য়েংবা লেপ্পি, মদুগী মতুংদা অশাউবা লেপ্পা ওই । ঐখোয়না অরান্বা য়েংবা লেপা ওইরগদি, হায়বদি পুম্নমক লেপখ্রনি ।

## অশাউবগী হৌরকফম অহংকার

মীয়াম্না হায়নরি, মসি ঐহাক্কী অশাউবগী করি উপায় তৌগনি ? ঐহাক্না হায়, অদোম্না হৌজিক করি তৌবগে ? মতম অদুদা হায়, অশাউববু নমথ-নমথদুনা লৈ । ঐহাক্না হায়, খঙলগা নমথব্রা নত্রগা খঙদনা নমথব্রা? অশাউববু খঙবদি মথৌ তাইদনা ? অশাউবা অমসুং শান্তি অনি অসি থংনা-থংন্না ফমদুনা লৈ । হৌজিক ঐখোয়না অশাউববু খঙদ্রবদি শান্তিবু নমথগনি মদু ওইরবদি শান্তি শিগনি ওন্না-তৈন্না ! হায়বদি নমথবা য়াবা পোৎ নত্তে। মতম অদুদা মহাক্না খঙই মদুদি অশাউবা অসি অহংকারনি । হৌজিক করম্বা মখলগী অহংকারদগী অশাউবা থোকপগে ? মদুবু খঙদোকপা মথৌ তাই ।

মসি অঙাংনা গ্লাস থুগায়রি মদুদা অশাউবা ওইখি, মতম অদুদা ঐখোয়গী অহংকার করম্বনো, মসি গ্লাস অসিগী অমাংবা ওইগনি অসিগুম্বা অহংকারনি । অমাং-অতোংগী অহংকারনি ঐখোয়দা । মরম অদুনা অমাং-অতোংগী অহংকারবু, মদুবু ৱাখল থন্থদুনা মাংহল্লুদনা, অরান্বা অহংকার চেকশিন্না থমবদগী অশাউবা থোক্তুনা লৈরি । অশাউবা, মীহৌবা, মদুদি তশেংনমক্কী মরুদা পুম্নমক অহংকার ঙাক্তনি ।

## অশাউববু ঈংথহন্বা, করম্বা জ্ঞানদগী ?

অশাউবা মশামক অহংকারনি । হৌজিক মদুবু থিদোক্কদবনি, থিদোক্কদবনি মদুদি মতৌ করম্না মসি অহংকারনো । মদুবু থিজিল্লকান্দা মতম অদুদা ফংই মদুদি অশাউবা অসি অহংকারনি । মসি অশাউবা অসি করম্না শেমলিবনো ? মতম অদুদা হায়, ‘মসি ইবেম্মনা কপ-প্লেত থুগায়বদগী অশাউবা ওইরি ।’ হৌজিক কপ-প্লেত থুগায়বদা, মদুদা ঐখোয়না করি প্রোব্লেম ওইবগে ? মতম অদুদা হায়, ‘ঐখোয়গী য়ুমদা অমাংবা ওই ।’ অমসুং অমাংবা ওই মরমদুনা মহাকপু চৈগদবা মতুংদা ? তৌইগুম্বসুং অহংকার তৌবা, চৈবা, মসি পুম্বা কুপ্না ৱাখল খন্থরবদি মদু ওইরবদি ৱাখল খন্থবদগী মদুগী অহংকার পুন্নমক মাঙবা ওই অসিগুম্বনি । হৌজিক মসি কপ কায়রিবসি অসি কায়হন্দবা ঙমব্রা নত্রগা ঙমদব্রা ? কায়হন্দবা ঙমদবা সঙয়োগ লৈদনা লৈতব্রানে ? সেবারি অদুদা সেঠ অদুনা চৈ মদুদি, ‘অরে, কপ-প্লেত করিগী থুগায়রিবনো ? নহাক্কী থুৎ তেকপরা ? অমসুং নহাক্কীদি অসিগুম্বনি অমসুং মসিগুম্বনি ।’ করিগুম্বা কায়হন্দবা ঙমদবা ওইরগদি মহাকপু চৈগদ্রা ? মমাকনুপাগী মখুৎতগী কপ-প্লেত কায়রবদি মদুদদি করিসু ঙাংদে! মরমদি সুপিরিয়র ওইবা, অদুদদি তুমীন্না লৈ ! অমসুং ইনফিরিয়র লাক্লবদি মদুদদি ইকায়বা পীরি !!! মসি পুন্নমক ইগোইজমনি । মসি ইনফিরিয়র মমাংদদি পুন্নমক তুমিন্না লৈদনা ? ‘দাদাশ্রী’গী মখুৎতগী করিগুম্বা কায়রবদি কনাগুম্বগী পুক্নীংদা করিসু ফাওরোই অমসুং সেবারিগী মখুৎতগী কায়রবদি?

মসি জগৎ অসিনা কৈদৌঙৈদা ফাও নিয়ায়বু উদ্রি । জ্ঞান তাদবনা মরম ওইদুনা মসি পুন্নমক্কি । করিগুম্বা বুদ্ধিগী জ্ঞান ওইরগদি, ওইরম্লবসু য়াম্না ফরমগনি ! বুদ্ধি করিগুম্বা developed ওইরবদি, জ্ঞানতাবা ওইরবদি, কনাগুম্বা অমত্তগা করিসু খৎনবা লৈরোই । হৌজিক খৎনবদগী কপ-প্লেত কায়বা অদুবু তাইশিন্নবা ঙমগদ্রা ? খালি মহাও লৌবা অদু খক্তনিদনা ? অমসুং ওন্না-তৈনবদা খৎনা-চৈনবা ওই মদুনা অতোপ্পা অমা, পুক্নীংদা নুংঙাইনদবা মদু মখল অমা । মরম অদুনা মসি ব্যাপার অসিদা অহানবদা গ্লাস কায়বা মদু অমাংবা অমা, অনিসুবদা মসিদা খৎনা-চৈনবা ওইরিবা মদুসু অমাংবা, অমসুং অহুমসুবদা সেবারিগা লোয়ন্না লমন-খুন্নবগী পুনশিল্লি,

মদুসু অমাংবা!!! সেবারিনা লমন-খুম্নিংবা ফাওবা মদুদি 'ঐ লায়রবা', মরম অদুনা মহাক্না ঐবু হৌজিক অসুম্না ঙাংলিদনা ? তৌইগুম্বসুং মদুগী লমন-খুম্বা অদুদি কৈদৌনুংদা থাদোক্লোইদনা অমসুং ভগৱান্নসু হায়রিদনা মদুদি লমন-খুম্বা অসি কনামত্তগা থমগনু । মতমদুদা নুংশিনবনা পুনশিনগে হায়রবদি পুনশিল্লু, তৌইগুম্বসুং লমন-খুম্বা অদুদি থমগনু । মরমদি নুংশিনবা থমলগদি মদুগী নুংশিনবা অদুনা মশা-মথন্তা লমন-খুম্বগী মরু অদুবু মাঙহনগনি । নুংশিনবদি লমন-খুম্নবগী কু অদুবু তৌথোকই অসিগুম্বনি । লমন-খুম্বদগীদি লমন-খুম্বা হেঙ্গৎলি, অসিগুম্না লেপতনা হেঙ্গৎলকই । লমন-খুম্বনা মরম ওইদুননি মসিদা কোয়চৎ-চৎপা পুম্নমকসি ! মসিদা মীওইবনা করিগী কোয়চৎ-চৎলিবনো ? মথোয়বু তীর্থঙ্করশিং ফংদব্রা ? মতম অদুদা হায়, 'তীর্থঙ্করশিংদি উন্নে, মহাক্কী দেশনা(অমম্রিত ৱাহৈ)সু তাই তৌইগুম্বসুং করিগুম্বা থবক অমত্তা কান্নদে ।'

করি-করি পোৎতা অৱাবা লাকপগে, কদায়-কদায়দা প্রোব্লেম ওইবগে, মদু পুম্নমক মাঙহল্লু । প্রোব্লেম ওইরিবদু, মদু অতেন্বা(short)দ্রষ্টিনি । মরমদুনা 'জ্ঞানী পুরুষ'না 'লোং সাইট' পীগনি, মদুগী 'লোং সাইটকী' মতেংনা পুম্নমক 'চপ-মান্ননা' উগনি !

## অঙাংশিংগী মথক্তা অশাউবা ওইরবা কান্দা...

**ৱাহং-হংলিবা :** মসি য়ুমদা অঙাংশিংগী মথক্তা অশাউবা ওইরি, মদু ওইরদি করি তৌগনি ?

**দাদাশ্রী :** ৱাখল থন্দবদগী অশাউবা ওইরি । মহাকপু ঐখোয়না হংলবদি মদুদি অদোম্না য়াম্না নুংঙাইবা ফাওব্রা ? মতম অদুদা হায়, ঐহাক্না মনুংদা য়াম্না নুংঙাইতবা ফাওখি, থম্মোয়নুংদা য়াম্না অৱাবা ফাওখি । মহাকপুসু অৱাবা ওই, ঐখোয়সু অৱাবা ওই ! অঙাংশিংগী মথক্তা খোয়রাং-খোয়শাউন্বগী দরকার কদায়দা লৈবগে মতুংদা ? মহাকপু খোয়রাং-খোইশাউন্বদগী শেমদোকপা ঙম্বা ওইরগদি, খোয়রাং-খোয়শাউনৌ । রিজল্ট অফবা লাকপা ওইরগদি, খোয়রাং-খোয়শাউনবা অসি কান্নে, রিজল্ট অফবা লাক্তবা ওইরগদি, খোয়রাং-খোইশাউন্বগী করি অর্থনো ! অশাউবদগী কান্নাবা

ওইরগদি তৌউ অমসুং কান্নদবা ওইরগনা অশাউবা তৌদবিদা অসিগুম্না অদুম চৎথহল্লুদনা !

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐখোয়না অশাউবা তৌদ্রগদি মহাক্না ঐখোয়গী তারোই, চাকসু চারোই ।

**দাদাশ্রী :** অশাউবা তৌরবা মতুংদসু কদায়দা ঙাংবা তাবগে ?

## বীতরাগশিংগী অকুপ্পা (সুক্ষম) দ্রাস্তিদি য়েংউ !

মদুদসু নত্তনা ঐখোয়গী মীয়াম্না করি হায়বগে হায়বদা মসি মপা অসিনা অঙাং অসিগী মথক্তা অসুক য়াম্না অশাউবা ওইরিবসিনিনে, মরম অদুনা মপা অসি মতীক চাদবা মীওইনি অমসুং মহৌশাগী মফমদা মসিগী করম্বা নিয়ায় ওইরমগনি ? মসি মপা অসিগী মফমদা পুন্য তুংশিল্লি । অশাউবা তৌরবসু পুন্য পুশিল্লী । হোয়, মরমদি অঙাং অদুগী কান্নবগী মশাগী মথক্তা অৱাবা লৌরিবশিনিনে ! অঙাং অদুগী নুংঙাইনবগীদমক মশামক্না অৱাবা মায়থেংনরি মরম অদুনা পুন্য তুংশিল্লি ! মসি নত্তনদি, অশাউবা মথল খুদিংমক্না পাপ থক্তা তুংশিল্লি , তৌইগুম্বসুং মসি থক্তদা অঙাংগীদমক নত্রগা শিষ্যগী য়াইফনবগীদমক অশাউবা তৌরি । মহাক্না মশাগী চাকথেক্তুনা মহাক্কী য়াইফনবগীদমক তৌবা ওই, মরমদুনা মদুগী পুন্য শেম্মী । মদু ওইজরবসু মীয়াম্নদি মহাকপু অপ্যশ(থিনা) হন্না-হন্না ঙাংনরি! তৌইগুম্বসুং ঈশ্বরগী য়ুমদা অচুম্বা নিয়ায় লৈৱ্রা নত্রগা লৈতৱ্রা ? মশাগী নুপামচাগী মথক্তা, নুপীমচাগী মথক্তা অশাউবা তৌরিদনা, তৌইগুম্বসুং মদুদা হিংসক ভাব(হিংসাগী ৱাখল্লোন)লৈতে, অতোপ্পা মফমশীংদা হিংসক ভাব ওই। মদু ওইজরবসু মসিদা *তান্তো* (অশাউববু মতম শাংনা নীংশিংদুনা) লৈবা ওই, মরমদি মদুগী নুপীমচাগী অদুবু উবগা মনুংদা থৎন-চৈন্বা থোকপা ওই ।

হৌজিক অশাউবদা হিংসক ভাব অমসুং *তান্তো,* অনি অসি লৈত্রবদি মোক্ষ ওই । অমসুং মসিদা হিংসক ভাব লৈতে, *তান্তো* লৈজরবসু পুন্য শেল্লি। কয়াম্না কুপনা ভগৱান্না পুথোক্লিদনা !

## অশাউবা তৌরবসু শেমলি পুন্য !

ভগৱান্না হায় মদুদি করিগুম্বা অতোপ্পা মীওইগী য়াইফনবগীদমক অশাউবা তৌরবদি, মীয়ামগী য়াইফনবগীদমক অশাউবা তৌরবদি, মদুগী মহৈ পুন্য ফংই ।

হৌজিক মসি ক্রমিক লম্বীদদি শিষ্যশিংনা কিদুনতা লৈ 'হৌজিক করিগুম্বা অমা হায়গনি, হৌজিক করিগুম্বা হায়গনি' অমসুং অমদুনা নুমিৎ চুপ্পা অয়ুক্তগী শাউদুনা ফমদুনা লৈ । মদুনা *গুনসঠান* (আধাত্মাগী দিবেলপমেন্টগী স্টেজ ১৪গী মনুংদা স্টেজ অমা) ১০ লোয়বা ফাওবা মহাক্কী মসি ফিবম ! মদুদি মীৎ ঙাকশং-ঙাঙই অমসুং মনুংদা প্রোক-প্রোক চাকই! মসিগী চাকপা অসি, কয়াম য়াম্না চাল্লমগনি ? মদুদা করম তৌনা য়ৌগনি? মরম অদুনা মোক্ষতা চৎপা অসি ইচম-চম্বা লাড্ডু চানাবগী মশানরা ? মসিদি, করিগুম্বা অকক্লবা মতম থক্তদা অসিগুম্বা অক্রম বিজ্ঞানবু ফংবা ওইরি !

## অশাউবা হায়বদি সিগনল মথল অমা !

সংসারগী মীওইশিং করি হায়বগে হায়বদা, মসি ইবুংঙো অসিনা মথোয়গী মথক্তা অশাউবা তৌরি, মরম অদুনা মহাক অরান্বনি অমসুং মহাক্না পাপ পুনশিল্লি । ভগৱান্না অদুগুম্না হায়বা নত্তে । ভগৱান হায়রি মদুদি 'অঙাংশিংগী মথক্তা অশাউবা তৌদবদগী, মরমদুনা মহাক্কী মপা অদু মরাল লৈবনি । মরমদুনা মহাকপু লুপা চাম্মগী দনদি পীয়ু ।' মতাং অদুদা হায়, 'অশাউবা তৌবা অসি ফবরা ?' মদুদা হায়রি, 'নত্তে, তৌইগুম্বসুং হৌজিক মদুগী দরকার ওইবনি । হৌজিক মসিদা অশাউবা তৌদ্রগদি নুপামচা অদুনা অরান্বা লম্বীদা চৎকনি ।

মরম অদুনা অশাউবা অসি অঙাঙবা সিগনল মথল অমনি, অতোপ্পা করিসু নত্তে । করিগুম্বা অদোম্না মীৎ উৎলমদ্রবদি, করিগুম্বা অশাউবা তৌরমদ্রগদি, অঙাংশিং অদু অরান্বা লম্বীদা চৎলমগনি । মরম অদুনা ভগৱানদি অঙাংশিংগী মথক্তা মপা অদুনা অশাউবা তৌরবসু মহাকপু লুপা ১০০ গী প্রাইজ পীরি ।

অশাউবা অসিদি অঙাঙবা ফিরালনি, মদুবু পল্লিকনা খঙদে অমসুং কদায় ফাওবা অঙাঙবা ফিরাল য়ুংদুনা থমগদবা, পুংশিং কয়া ফাওবা য়ুংদুনা থমগদবা মসি খঙবা মথৌ তাই । হৌজিক মেল গাড়ী চৎপা ওইবা, অমসুং পুং ২ মথায় অঙাঙবা ফিরাল পায়দুনা মরম লৈতনা লেপ্পগা লৈরবদি করি তৌগনি ? হায়বদি অঙাঙবা সিগনল দরকার ওই, তৌইগুম্বসুং পুংশীং কয়াম্না থমগদবা মদু খঙবা মথৌ তারি ।

ঈংবা অসি অশংবা সিগনলনি ।

## রৌদ্রধ্যান্না হোংলি ধর্মধ্যানদা

অঙাংশিংগা লোয়ন্না অশাউবা তৌরবদি তৌইগুম্বসুং অদোমগী মনুংগী ভাব(নুংগী ৱাখল্লোন) করিনো হায়বদা অসিগুম্না তৌরোইদবনি । অদোমগী মনুংগী ভাব করিনো ?

**ৱাহং-হংলিবা :** অসিগুম্না তৌরোইদবনি ।

**দাদাশ্রী :** হায়বদি মদু রৌদ্রধ্যান( অতোপ্পবু অৱাবা পীবা) ওইরম্বা, মদুনা ধর্মধ্যানদা রিজল্ট ওইরি, অশাউবা থোক্লবসু ওইরি ধর্মধ্যানদা ।

**ৱাহং-হংলিবা :** অসিগুম্না তৌরোইদবনি, মসি ভাব অসিগী মরম্না ?

**দাদাশ্রী :** হিংসক ভাবদি নত্তেদনা মসিগী মতুংদা । হিংসক ভাব য়াওদনা অশাউবা ওইদে তৌইগুম্বসুং অশাউবগী তাংনা লৈবা দশা লৈ মদুদি করিগুম্বা মশাগী মচা, মশাগী মমান্নবা, মশাগী ৱাইফকী মথক্তা শাউবা ওইরগদি পুন্য পুনশিল্লী । মরমদি মসিদা উই মদুদি শাউবগী মতুংদা মহাক্কী করি পান্দমনো ?

**ৱাহং-হংলিবা :** প্রশস্ত অশাউবা ।

**দাদাশ্রী :** অপ্রশস্ত অশাউববু, ফৎতবা ওইনা কৌই ।

হায়বদি মসি অশাউবা অসিদসু য়াম্না খেৎনরি । অনিসুবদা, পৈশাগীদমক্তা মচানুপাবু অফ-ফত্তবা ঙাংবা মদুদি নহাক্লা ব্যপারদা ফজনা মায় ওনশিনদে, মদুগী অশাউবা অদুনা তোঙাল্লি । অঙাংবু হোংদোক্লবা, হুরাল্লবদি, অতোপ্পা করিগুম্বা অরান্বা-চুমদবা তৌরবদি, মদুগীদমক মচা নুপাবু ঙাংবা, অশাউবা তৌবা, মদুগী মহৈ ভগৱান্না পুন্য কৌরি । ভগৱান কয়াম্না জ্ঞান-তারিবা !

## অশাউববু থিঙলি অসুম্না

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐখোয়না অশাউবা কনাগী মথক্তা তৌবগে, অনম্বা ওইনদি ওফিসতা সেক্রেটরী মথক্তা অশাউবা তৌদে অমসুং হোসপিটল্দা নর্সকী মথক্তা তৌদে তৌইগুম্বসুং য়ুমদা ৱাইফকী মথক্তা ঐখোয়না অশাউবা তৌরি।

**দাদাশ্রী :** মরমদুননি করিগুম্বা মীওই ১০০ ফম্বা মতমদা অমসুং তারিঙৈ মতমদা, মতমদুদা মীয়াম পুম্নমক্তা হংলবদি মদুদি ওফিসতা বোসনা কীহল্লবদি, অনিসুবদা নত্রগা করিগুম্বা চৈরবদি, মদু পুম্বগী অশাউবা অদু মীয়াম্না য়ুমদা লোয়নবীগী মথক্তা পাংথোক্লি । মরম অদুনা ঐহাক্লা হায়বা মথৌ তারি, অরে ! নুপীবু করিগীদমক চৈরিবনো, তোল্লবী মহাকপু! মরম লৈতনা নুপীবু চৈরি ? মপালদা কনাগুম্বা অমনা কীহল্লবদি মহাক্কা লোয়ন্না ফুনৌ, মসিদা করিগী খৎনরিবা তোল্লবী অসিগা ?

মিয়া-ইবুংঙো অমা লৈরম্মী, মহাক ঐহাক্কা খঙনা-চান্নবা ওইরম্মী । মহাক্লা ঐঙোন্দা হন্না-হন্না হায়, সাহেব অমুক্তং ঐহাক্কী মসিদা খোংদবিরকউদনা ! চেক-চন্বা ওইনা থবক তৌরম্বনি । নোংমা ঐহাক্লা মফম অদুদগী লাকলম্মী মতম অদুদা ঐহাক্কা থেংনৈ অমসুং হায়রম্মী, ঐগী য়ুমদা চৎশি লাকও ঙহাক্তং ওইরবসু । মদুদা মহাক্কী য়ুমদা চৎলম্মী । মদুদা ঐহাক্লা হায়ম্মী, অরে, কা অনি থক্তাদা নহাক্লা হৈনব্রা ? মদুদা মহাক্লা হায়রি, ঐহাক্তি চেক-চন্বা হায়নৈদনা ! মসিদি ঐখোয়গী মতমগী, অফবা মতমগী ৱারী শারিবনি । হৌজিক্তি রুম অমদা লৈবা ওই তৌইগুম্বসুং অফবা মতমদুদসু তোল্লবা মহাক্কী কা অনি লৈরম্মী ! মতুংদা ঐহাক্লা হায়, অরে, বীবীনা নহাকপু অৱাবদি পীদেদনা ? মদুদা হায়রি, বীবীনদি অশাউবা ওই

তৌইগুম্বসুং ঐহাক্কা অশাউবা তৌদে । ঐহাক্কা হায়, করিগী অদুম্না ? মদুদা হায়, মদুম তৌরবদি মতুংদা মহাক্কা শাউবা অমসুং ঐনাসু শাউবা, মতুংদা মসি রুম অনিসিদা মহাক্কা কদায়দা তুমগনি অমসুং ঐহাক্কা কদায়দা তুমগনি? মহাক্কা মায় অশোম্দা ওনদুনা তুমগনি, ঐসু শোনলোম্দা ওন্দুনা তুমগনি, অসিগুম্বা ফীবম অসিদদি ঐহাক্কা অয়ুক্তা চাসু অহাওবা ফংলোই ! মহাক থক্কা ঐবু নুংঙাইবা পীরি, মহাক্কী মরম্না ঐগী নুংঙাইবনি । ঐহাক্কা হায়, বীবী করিগুম্বা শাউরবদি ? মদুদা হায়, মহাকপু য়ানবা তৌই। মরুপ তোক্লসি মসিগী ৱাফম অসি ! ঐহাক্কী ফীবম ঐহাক থক্তনা থঙই, অসুম্না-মদুম্না তৌদুনা য়ানবা তৌই । তৌইগুম্বসুং মহাকপু হরাওহল্লি । মপান্দা ফুদুনা লাকই তৌইগুম্বসুং য়ুমদদি ফুদে । অমসুং ঐখোয়গী মীয়াম্না মপান্দা চৈনা ফংদুনা লাকই অমসুং য়ুমদা ফুই ।

মসিদদি নুমিৎ থুদিংগী শাউই । ষন-ইরোই হেন্না ফৈ, অশাউবা তৌদে । পুন্সিদা করিগুম্বা শান্তিদি লৈগদবনিদনা ! অশোন্বা ওইবা ওইরোইদবনি। মসি অশাউবা অসি অয়াম্বা মতমদা থোকপা ওইরি ! অদোম্না গাড়ীদা লাকইদনা ? মদুগী গাড়ী অদুনা লম্বী লোয়বা ফাওবা অশাউবা তৌরবদি করি ওইগনি ?

**ৱাহং-হংলিবা :** মদু ওইরবদি লাকপা ঙমলমলোই মসিদা ।

**দাদাশ্রী :** মদু ওইরবদি অদোম্না শাউরবদি করম তৌনা মহাক্কী গাড়ী চৎলমগনি ? নহাক্কা অশাউবদি তৌদেদনা ?

**ৱাহং-হংলিবা :** করিগুম্বা মতমদা থোকই ।

**দাদাশ্রী :** অমসুং করিগুম্বা অনিমক্কী থোকপা ওইরবদি মতুংদা করি লৈহৌবগে ?

**ৱাহং-হংলিবা:** মতৈ-মনাওগী মরক্তা করিগুম্বা অশাউবা খরাদি থোক্কদবনিদনা ?

**দাদাশ্রী :** নত্তে । অদুগুম্বা নিয়ম লৈতে । মতৈ-মনাওগী মরক্তদি শান্তি য়াম্না লৈগদবনি । মসি অৱাবা ওইরিবসি মদুদি মতৈ-মনাও নত্তে । অশেংবা ফ্রেন্ডশীপতি অৱাবা লৈতে । মদু ওইরবদি মসিদি খ্বাইদগী অচৌবা ফ্রেন্ডশীপ কৌই ! মসিদা অশাউবা থোক্লোইদবনি, মসিদি মীয়াম্না মশানা অপামবগী মতুং ইন্না হেক্তা থমলি, মশাদা থোকপনা মরম ওইদুনা হায়রি মদুদি নিয়মদি মসি মক্কি, ঙাংলি ! মতৈ-মনাওদদি অৱাবা মচেৎ অমত্তফাও লৈরোইদবনি, অতোপ্পা মফমদা ওইজরবসু ।

## কুশি-ৰাসিগী তৌবগী চৈনা

**ৱাহং-হংলিবা :** য়ুমদা নত্রগা মপান্দা মরুপশিংগা মফম খুদিংমক্তা মীওই খুদিংগী মোৎ তোঙাল্লি অমসুং মদু ঐখোয়না অপাম্বা মতুং ইন্না থোক্রবদি, মতুংদা ঐখোয়দা করিগী অশাউবা লাক্লিবনো ? মতম অদুদা করি তৌগনি ?

**দাদাশ্রী :** মীওই অনম্বনা মশানা অপাম্বা মতুং ইন্না তৌম্বা তৌরগদি, মদু ওইরবদি করি ওইগনি ? অসিগুম্বা ৱাখল অসি থক্তা করিগী লাক্লিবনো? খুদক্তা থনগদবনি মদুদি করিগুম্বা মীয়াম পুন্নমক্না মশাগী অপাম্বা মতুং ইন্না তৌরবদি, মদু ওইরবদি মসিদা কোন-লিকশিং থুগায়গনি মমাং-মক্তদা, ঐখোয়গী ইমাং-মক্তদা অমসুং চানীংঙাইসু লৈরোই । মরম অদুনা অপাম্বগী মতুং ইন্না কৈদৌনুংদা তৌগনু । অপাম্বা অদু তৌদ্রবদি, হায়বদি অরান্বসু লৈররোই । কনাগুম্বনা মথৌনা লৈবা ওইরগদি মহাক্না অপাম্বা তৌগনি, অসিগুম্না থম্মু ।

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐখোয়না ঙমলিবমথৈ শন্তি ওইনা লৈরবসু তৌইগুম্বসুং ইপুরোইবনা শাউরবদি ঐখোয়না করি তৌবা মথৌ তাই ?

**দাদাশ্রী :** মহাক্না শাউবা অমসুং মহাক্কা লোইন্না থৎনগে হায়রবদি, মদু ওইরবদি অদোম্বুসু শাউগদবনি, নৎত্রগদি তৌরোইদবনি ! করিগুম্বা ফিল্ম অদুবু লেপ্পহনগে হায়রবদি, শান্তি ওইনা ঈংথনা লৈয়ু । ফিল্ম থিংজিল্লোই

হায়রগদি, মদু ওইরবদি নুমিদাং পুম্বা চৎথহল্লু, কনানা থিংবগে ? অদোমবু অসিগুম্বা ফিল্ম অসি পামব্রা ?

**ৱাহং-হংলিবা :** নত্তে, অসিগুম্বা ফিল্ম অসিদি পামদে ।

**দাদাশ্রী :** অশাউবা তৌরগা করিবু তৌগনি ? মদুগী মীওই অদু মশামক্না শাউবা নত্তে, মসিদি মিকেনিকেল এডজস্টমেন্টনা অশাউবা তৌরি । মরমদুনা মতুংদা মশামক্না পূক্নীংদা লানখিবগী নুংঙাইতবা ফাওরি মদুদি অশাউবা তৌরমদ্রবদি হেন্না ফরমগনি ।

**ৱাহং-হংলিবা :** মদুদগী ঈংথহন্নবগী উপায় করিনো ?

**দাদাশ্রী :** মদুদি করিগুম্বা মশীন অশাবা ওইরবদি অমসুং মদুবু ইংথহনগে হায়রবদি মথন্তা মতম থরা থমগদবনি, মরমদুনা মশীন ঈংথগনি অমসুং মদুবু খুৎনা শোক্লবদি অমসুং খোয়শাউ-নহল্লগদি মদু ওইরবদি চাক্তুনা শিহনগনি ঐখোয়বু ।

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐ অমসুং ঐগী ইপুরোইবগী মরক্তা অশাউবা অমসুং ৱাতা-খোন্দবা থোকই, অমনা-অমবু য়েথনবা মরানশিরি, মদু ওইরবদি ঐনা করি তৌগনি ?

**দাদাশ্রী :** অশাউবা নহাক্না তৌব্রা নত্রগা মহাক্না ? অশাউবা কনানা তৌবগে ?

**ৱাহং-হংলিবা :** মহাক্না, মতুংদা ঐঙোন্দগীসু থোকপা ওই ।

**দাদাশ্রী :** মদু ওইরবদি অদোম মনুংদা ইশামক্না চৈগদবনি, “করিগী নহাক্না অসিগুম্না তৌরিবনো ? হান্না তৌখিবশিংদু ময়োক্লগনিদনা !” তৌইগুম্বসুং প্রতিক্রমন তৌরবদি মসি পাপ খুদিংমক মাঙগনি । নত্রগদি ঐখোয়না পীখিবা অশাউবা, মতুংদা ঐখোয়না ময়োক্লবা চৈ চাবা ওই । তৌইগুম্বসুং প্রতিক্রমন তৌবদগী থরদি ঈংথবা ওই ।

## মসিদি মথল অমগী শা-ঙা

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐঙোন্দগী অশাউবা থোকখ্রবদি অমসুং অথীবা ৱাঙাং ঙাংখ্রবদি করম তৌনা হোংদোক্কনি ?

**দাদাশ্রী :** অসিগুম্বনি মসিদা অশাউবা তৌরিবা অমসুং ৱাতা-খোন্দরিবা, মহাক্না মশামক্কী মথক্তা কন্ট্রোল লৈতে, মরমদুনা মসি পুম্বা থোক্লিবনি । কন্ট্রোল তৌম্বা অহান্বদা করিগুম্বা থরা থঙবা মথৌ তাই । করিগুম্বা ঐখোয়গী মথক্তা কনাগুম্বা শাউবা তৌরবদি, মদু ওইরবদি ঐখোয়না থাংবা ঙমগদ্র, মসি থনগদবনি । ঐহাক্না শাউদ্রিঙৈ মমাংদা ঐহাক্কী মথক্তা কনাগুম্বনা শাউরবদি ঐহাক্না থাংবা ঙমগদ্রা ? নুংঙাইগদ্রা নত্রগা নুংঙাইরোইদ্রা? ঐখোয়না নুংঙাইবা মথৈ, মদুখৈ ঐখোয়না অতোপ্পাদা তৌগদবনি ।

মহাক্না নহাকপু ৱাহৈ-খোন্দা ফত্তবা ঙাংলবদি অমসুং নহাক্না প্রোব্লেম ওইদ্রবদি, ডিপ্রেশন লাক্ত্রবদি, অদোমসু তৌবিয়ু, নত্রগদি তৌবিগনু । ফত্তবা ৱাহৈ-খোন্দা পীরোইদবনি । মসিদি শা-ঙাগী মথল অমনি । অন্ডরডেবলপ পীপল্স, অনকল্চর্ড !

## প্রতিক্রমন মসিনা অশেংবা মোক্ষকী লম্বী

অহান্বদদি দয়া থম্মু, শান্তি থম্মু, সমতা (রাগ, দুৱেস লৈতবা) থম্মু, ঙাকপীবা থম্মু অসিগুম্বা উপদেশ তম্বিরম্মী । মতম অদুদা মসি মীয়াম্না করি হায়বগে হায়বদা "অরে! ঐহাক্না শাউনীংদুনতা লৈবা ওই অমসুং নহাক্না হায়রি মদুদি ঙাকপীবা থম্মু, তৌইগুম্বসুং ঐহাক্না করি মরমগী ঙাকপীবা থমগদোইবা ?" হায়বদি মহাকপু উপদেশ করম্বা মথল ওইনা পীগদবা মদুদি অদোম্না অশাউবা লাক্লবদি অদোম্না অসিগুম্না পুক্নীংদা পেন্দবা ফাওবা ওইবা মদুদি 'ঐগী করম্বা অশোন্বনো মদুদি ঐঙোন্দগী অসিগুম্বা অশাউবা অসি থোক্লিবা ? মসি ঐঙোন্দগী অরান্বা থোকখ্রে' । অসিগুম্বা পেন্দবা ফাওবা অসি ওইগদবনি অমসুং করিগুম্বা কনাগুম্বা গুরু লৈরবদি মহাক্কী মতেংলো অমসুং অমুক হন্না অসিগুম্বা অশোন্বা অসি থোক্তনবা, অসিগুম্না লেংদনা

লেপ্পু। হৌজিক অদোম্না অশাউববু কনথোক্কনু, মদুগী মথক্তা মদুগী প্রতিক্রমন তৌবা ওইয়ু ।

হায়বদি নোংমদা কয়াম্না অতিক্রমন তৌই অমসুং কনাগা লোয়ন্না থোকপগে, মদুবু নোট তৌদুনা লৈয়ু অমসুং মদুগী মতম অদুদা প্রতিক্রমন তৌবিয়ু ।

প্রতিক্রমন্দা করি তৌগদবা ? অদোম্না শাউবা ওইবা অমসুং মাংদা লৈরিবা মীওই অদুবু নুংঙাইতবা ওইরবদি, মদু ওইরবদি মহাক্কী আত্মাবু নীংশিংদুনা মঙোন্দগী ঙাকপিয়ু হায়জগদবা । হায়বদি থোক্লিবা অদুগী ঙাকপিয়ু হায়জগদবা অমসুং অমুক হন্না তৌজররোই অসিগুম্বা প্রতিজ্ঞা লেপ্পা, অমসুং অলোচানা তৌবা হায়বদি করিনো হায়বদা, মদুদি ঐহাক্কী নক্তা অরান্বশিং অদুবু ফোঙদোকপা মদুদি ঐঙোন্দগী মসি পাপ অসি তৌখ্রে ।

## পূজ্ঞীংদসু লাল্লে হাজয়গদবা

**ৱাহং-হংলিবা :** দাদাশ্রী, পশ্চাতাপ(লাল্লে ফাওবা মদুবু নীংশিংদুনা লৈবা) নত্রগা প্রতিক্রমন তৌবা মতমদা অনম্বা মতমদা অসিগুম্না ফাওই মদুদি করিগুম্বা লানখ্রবা, কনাগুম্বা অমগী মথক্তা অশাউবা লাকপা, মতম অদুদা পূজ্ঞীংদা নুংঙাইতবা ফাওই মদুদি মসি শোইখ্রে, তৌইগুম্বসুং মাংদা লৈরিবা অদুদা ঙাকপিয়ু হায়জন্বগী থৌনা লৈতে ।

**দাদাশ্রী :** অসিগুম্না লাল্লে হায়গদবা নত্তে, নত্রগদি মতুংদা মহাক্কা মদুগী লান্না উপয়োগ তৌগনি । “হম ! হৌজিক থঙজরেদনা ?” অসিগুম্বনি মসি ! নোবল জাতি নত্তে ! মথোয় লাল্লে হায়জগদবা মতীক লৈবা মীওই নত্তে ! মরমদুনা অশেংবা আত্মাবু নীংশিংদুনা পূজ্ঞীংদা থক্তা লাল্লে হায়জগদবা। লিশিং অমগী মনুংদা কনাগুম্বা মীওই ১০ অসিগুম্না ফংগনি মদুদি লাল্লে হায়দ্রিঙেদা, মহাক্কা হেন্না মরু লুকই ।

## থুদক্তা রিজল্ট, থম্মোয়দগী প্রতিক্রমন তৌবনা

**ৱাহং-হংলিবা :** কনাগুম্বা অমগী মথক্তা য়াম্না থিনা শাউখ্রবদি, মতুংদা ঙাংদুনা তুমিন্না লৈখ্রবদি, মতুংদা মসি ঙাংখ্রিবা মসিগীদমক থম্মোই

অসিদা হন্না-হন্না নুংঙাইতে, মদু ওইরগদি মদুগীদমক অমদগী হেন্না প্রতিক্রমন তৌগদ্রা ?

**দাদাশ্রী :** মদুদা অনি-অহুমলক থম্মোয় শেংনা প্রতিক্রমন তৌবিয়ু অমসুং ফজনা তৌরবদি মদুদা লোইরে । "হে দাদা ভগৱান ! ঐঙোন্দগী য়াম্না থিনা অশাউবা তৌখ্রে, মাংদা লৈরিবা অদুবু য়াম্না অৱাবা নুংঙাইতবা পীখ্রে ! মদুগীদমক লাল্লে হায়জরি । অদোমগী ইমাংমক্তদা লাল্লে হায়জরি।"

## মৱাল, তৌইগুম্বসুং অশিবগুম্না

**ৱাহং-হংলিবা :** অতিক্রমন্দগী খোয়রাং-খোয়শাউন্বা ফাওরবদি, মদু প্রতিক্রমন্দগী ঈংথবা ওইব্রা ?

**দাদাশ্রী :** হোয়, শান্তি ওই । নপ্শিন্নবা *ফাইল* (হিসাব অচৌবা ) ওইরবদি, মদুদি লিশিং মঙা-মঙা প্রতিক্রমন তৌগদবা ওই, মতমদুদা শান্তি ওই ! অশাউবা অদু মপান থোংনা উৎতবা অমসুং মতুংদা মৈচাক-চাকপা ওইরগদি, মদু ওইজরবসু ঐখোয়না মদুগীদমক প্রতিক্রমন তৌদ্রবদি মদুগা চপ-মান্না দাগ চুদুনা ঐখোয়গী মথক্তা লৈগনি । প্রতিক্রমন তৌরবদি শেংগনি। অতিক্রমন তৌবা মরম্না প্রতিক্রমন তৌবিয়ু ।

**ৱাহং-হংলিবা :** কনাগুম্বা অমগী মথক্তা শাউবগী মতুংদা, খঙলকপা অমসুং মদুগী মিৎকুপ অদুদা ঐখোয়না লাল্লে হায়জরবদি, মদু ওইরবদি মদুবু করি হায়গনি ?

**দাদাশ্রী :** হৌজিক জ্ঞান লৌরবা মতুংদা শাউবা থোক্লবদি অমসুং লাল্লে হায়জরবদি, মদু ওইরবদি করিগুম্বা ৱানীংঙাই ওইদ্রে । নাল্হোকপা ওইরে! অমসুং মমাংমক্তদা লাল্লে হায়বা ঙমদ্রবদি, অসিগুম্না ওইরবদি পূক্নীংদা লাল্লে হায়জরবদি, মদু ওইরবদি লোইরে !

**ৱাহং-হংলিবা :** মমাংমক্তদা মীয়ামগী মমাংমক্তদা ?

**দাদাশ্রী :** করিসু কাইদে । অসিগুম্না লাল্লে হায়দ্রবসু অমসুং অসিগুম্না মনুংদা প্রতিক্রমন তৌরবসু য়াগনি । মরমদি মসি পাপ অসি অহিংবা নত্তে, মসিদি ডিসচার্জনি । 'ডিসচার্জ' পাপ হায়বদি মসি চার্জ পাপ নত্তে ! মরমদুনা য়াম্না শাথিবা মহৈদি পিদে !

## প্রতিষ্ঠা তৌবদগী লেপতুনা লৈরি কষায়শিং !

মসি পুম্নমক অদোম্না তৌহন্বা নত্তে, অশাউবা-নাপল-মায়া-মীহৌবা কষায়শিং অসিনা তৌহল্লী । কষায়শিংগী য়াথংগী মতুং ইন্না চৎলি । কষায়শিংগী শাসন্নি ! 'মশামক কনানো' মদুগী ভান লাক্লবা মতুংদা কষায় চৎথিগনি । অশাউবা থোকপা মতমদা নুংঙাইতবা চৈনা ফাওই, তৌইগুম্বসুং ভগৱান্না তাকপীবা প্রতিক্রমন তৌবা হৈত্রবদি করি ওইগনি ? প্রতিক্রমন তৌবা হৈরবদি নান্থোকপা ওইগনি ।

হায়বদি মসি অশাউবা-নাপল-মায়া-মীহৌবগী সংসার কদায় ফাওবা লেপতুনা লৈবগে ? 'ঐ চন্দুলালনি অমসুং অসিগুম্বনি' অসিগুম্না পানদম লেপলিবা মথে মতম অদুফাও লেপতুনা লৈগনি । ঐথোয়না প্রতিষ্ঠা তৌরিবা মথে মদুদি 'ঐ চন্দুলালনি,' মসি ময়াম্না ঐহাক্কী প্রতিষ্ঠা তৌথি অমসুং মহাক্না লৌরি মদুদি 'ঐ চন্দুলালনি,' মতমদুফাও মসি অশাউবা-নাপল-মায়া-মীহৌবা লৈরি মনুংদা ।

মশাগী প্রতিষ্ঠা করম কান্দা চৎথিগনি মদুদি 'ঐ অশেংবা আত্মানি ভান লাক্লবা মতমদা ।' মরমদুনা মশাগী অশেংবা-শক্তমদা লাক্লবা মতমদা প্রতিষ্ঠা মাঙগনি, মতমদুদা মসি অশাউবা-নাপল-মায়া-মীহৌবা চৎথিগনি, নত্রগদি চৎলোই । নত্রগদি ফু-ফুদুনা তৌরবসু শুংচৎ-চৎলোই অমসুং মহাক্তি হেঙ্গৎলি ওন্নবদা । অমবু ফুরবদি অনিসুবা অদুনা হেঙ্গৎলি অমসুং অনিসুবা অদুবু ফুরবদি অহুমসুবা অদু হেঙ্গৎলি ।

## অশাউবা অশোন্বদুদা, মদুদা নাপল কল্লি

মহারাজ অমনা হায়, ঐহাক্না অশাউববু নমথা-নমথাদুনা মরু ফংনা মাঙহল্লি । ঐহাক্না হায়, "মদুগী রিজল্টগী শক্তম ওইনা মসি 'নাপল' কৌবা

ইরোইনা হেন্না কনখৎলি ।” নাপল অসি হেন্না-হেন্না চাওবা ওইরি । মরমদি মায়াগী মচানুপাশিং শিগদবা অদুগুম্বা নত্তে । মদুগী উপায় তৌরবদি চৎখিগদবা অদুগুম্বনি । নত্রগদি চৎলোইদবা অদুগুম্বনি । মখোয় মায়াগী মচাশিংনি । মদুগী নাপল কৌবা ইরোই অদুদি অদুক্কী মতীক নোইরি, ‘ঐনা অশাউববু নমথরি, ঐনা অশাউববু নমথরি ।’ মদুনা মতুংদা নোইরি । মসিগী মহুৎতা মরিমক চপ-মান্ননা লৈরম্বা, মদুনা ফবনি ।

## অশাউবা অমসুং মায়ানি ঙাকশেল্লিবা

অশাউবা অমসুং মায়া, মখোয়দি ঙাকশেন্বনি । মখোয়দি মীহৌবা অমসুং নাপলগী ঙাকশেন্বনি । মীহৌবগী অশেংবা ঙাকশেন্বা মায়া অমসুং নাপলগী অশেংবা ঙাকশেন্বনা অশাউবা, মসিগীসু মথক্তা নাপলগীদমক মায়াগী খরাদি শিজিন্নবা তৌই, *কপ্ত* তৌই । *কপ্ত* (লোৎনা-থুপনা) তৌদুনা নাপলবু ফংন্বা হোৎনৈ, অসিগুম্না তৌব্রা মীয়াম্না ?

অমসুং অশাউবা তৌদুনা মীহৌবা তৌই । মীহৌবা মীওই অশাউবা তৌদে অমসুং করিগুম্বা অশাউবা তৌরবদি খঙগদবনি মদুদি মহাক্না মীহৌবদা করিগুম্বা অখিংবা অৱাবা ফংলি, মরমদুনা মহাক্না অশাউবা ওইরি । নত্রগদি মীহৌবা মীওইদি, ওন্না-তৈন্বদা মহাকপু কনাগুম্বগী খোনথি চারবসু হায়গনি, “ঐনা ঐহাক্কী পৈশা ফংলে, মহাক্না ঙমলিবা মখে কোলাও-লাওজরবসু ।” মীহৌবা মীওইদি অসিগুম্না তৌই, মরমদি *কপ্ত*না পুন্নমক ঙাকথোক্কনিদনা ! *কপ্ত* হায়বদি মায়া অমসুং অশাউবা মখোয় অসি ঙাকশেন্বনি পুন্নমক্কী ।

অশাউবদি, মশাগী নাপলদা করিগুম্বা অৱাবা নংলবদি, মতম অদুদা অশাউবা ওই । মশাগী নাপলদা মাঙবা ওইরবদি, মদুদা ।

অশাউবদি ইচম-চম্মী । অচম্বদি অহান্বদা মাঙহল্লী । অশাউবদি বোম গুলিনি অমসুং বোম-গুলি লৈবা মদুদা সেনা-লানমীশিংনা লানথেংনগনি। অশাউবা চৎখ্রবদি মতুংদা লানমী করম্না লানথেংনগনি ? মতুংদা পুন্নমক চেনখিগনি । কনাগুম্বা অমত্তা লেপতুনা লৈরোই ।

## অশাউবাগী শক্তম

অশাউবা, মহাক্তি পোথায়গন্বা পরমানুনি । বোম্বুলা অমগী মনুংদা কানক্রুক (গন পাউদর) পীক-থন্না হাপ্প অমসুং পোথাইরবা কান্দা মৈহৌনা চাকপা অমসুং মনুংগী কানক্রুক অদুনা লোইরবা কান্দা, মতম অদুদা মশা-মথন্তা বোম্বুলা অদু শান্তি ওই । অসিগুম্না অশাউবগীসুনি । অশাউবা, মহাক্তি পোথায়গ্নবা পরমানুনি, অমসুং মহাক্তি 'ব্যবস্থিত'কী নীয়মগী মতুং ইন্না পোথায়বনি, মতম অদুদা মাইগৈ খুদিংদগী চাকপা ওই । পোথাইনীংদুনা লৈবা, মদুবু অশাউবা কৌদে, অশাউবদুদা *তান্তো* লৈরবদি, মদুবু অশাউবা কৌই । অশাউবদি করম কানফাও কৌগনি, মনুংদা চাক্লিবমকৈ । মনুংদা চাকপা অমসুং মৈনা চাকথেক্কুনা মাইগৈ খুদিংদা শন্দোকপা অমসুং অতোপ্পশিংবুসু মদুগী চৈনা য়ৌবা । মদুদি *কদাপা*( মৈচাক অদুনা অতোপ্পশিংবুসু চুবা) কৌগনি অমসুং *অজমপা* দনা মশামক মতোম্তা মনুংদা চাক্কুনা লৈবা, তৌইগুম্বসুং *তান্তো*দি মখল অনি অসিদা লৈগনি । মসি নত্তবা উগ্র (পোথাইগন্বা) অসিনা তোঙান্বা পোংনি ।

## মনুংদা চাক্কুনা লৈবা, থাংবা, মদুসু অশাউবনি

অশাউবা ওইবা ৱাঙাং থোক্রুবদি মাঙদা লৈরিবা অদুবু চৈনা পীদে। চিন্বান্দগী ঙাংবা, থক্তানা অশাউবা কৌই, অসিগুম্না নত্তে । মনুংদা ফোংদোকপা ঙমদনা চাক্কুনা লৈবা মদুসু অশাউবনি । মদুবু থাংবা অদুদি ডবল অশাউবনি । থাংবা হায়বদি নমথদুনা থম্বা । মদুদি, নোংমগী নুমিৎতা সপ্রিং পাইথোক্লবা-কান্দা থঙগনি । করিদৌবগী থাংগদোইনো ? মসিদি জ্ঞান্দগী উপায় পুথোক্কদবনি ।

## অশাউবদা থ্বাইদগী অচৌবা হিংসা

বুদ্ধি ইমোশনল ওই, জ্ঞান মোশন্দা ওই । ট্রেন্না মোশান্দা চৎপগুম্না, করিগুম্বা মহাক্লা ইমোশনল ওইরবদি ?

**ৱাহং-হংলিবা :** এক্সিডেন্দ থোক্কনি ।

**দাদাশ্রী :** অসুম-অসুম তৌদুনা চৎলবদি এক্সিডেন্দ ওইগনি । মতৌ অসুন্না মীওইবনা ইমোশনল ওইবা মতমদা, মতম অদুদা জীব কায়া হকচাং মনুংদা শিবা ওইরি । অশাউবা ওইবগা জীবা মচা-মচা কয়া শিদুনা মাঙহল্লী অমসুং মসিগী মথক্তা মশামক্না ক্লেম তৌই মদুদি, "ঐদি অহিংসা ধর্মবু য়াথং ইল্লি, জীব হিংসা তৌদে ।" অরে, তৌইগুম্বসুং অশাউবদগী জীব কায়াবু হাৎলিদনা, ইমোশনল ওইদুনা ।

## অশাউববু মায়পাকপা ঙমগনি অসিগুম্না

দ্রব্য হায়বদি মপানথোংগী ব্যবহার, মদুবু হোংদোক্কদবা নত্তে তৌইগুম্বসুং করিগুম্বা ৱাখল্লোন অদু হোংদোক্লবদি য়াম্না ফারে ।

কনাগুম্বনা হায়রি, অশাউবা তৌররোই, ঙসিমক্তগী অশাউবা থিংবা ঙমলোই । অশাউবদি খঙবা মথৌ তাই, মদুদি অশাউবা করিনো ? করিগীদমক থোক্লিবনো ? মহাকপু পোকপা অসি করিগী মথা পোনবগে ? মহাক্কী মমা কনানো ? মপা কনানো ? পুন্নমক খঙদোক্লবা মতুংদা অশাউববু খঙবা ঙমগনি ।

## নান্থোকপা থক্তনা নান্থোকহন্বা ঙম্মী

অদোম্না লৌথোক্কিংব্রা পুন্নমক ? করি করি লৌথোক্লিংবগে, হায়য়ু । লিস্ট শেমদুনা ঐঙোন্দা পীয়ু । মদু পুন্নমক লৌথোকপীগে । অদোম অশাউবা-নাপল-মায়া-মীহৌবা অসিনা পুনশিনব্রা ?

**ৱাহং-হংলিবা :** অশেংবমক্কী ।

**দাদাশ্রী :** হায়বদি পুনশিল্লিবা মীওই অদুবু মশা-মথন্তা করম তৌনা নান্থোকপা ঙমগনি ? অসিগুম্না মাইকৈ পুন্নমক্তগী খুৎ-থোং পুন্নমক চেৎনা পুনশিল্লবদি, মদু ওইরবদি মহাক্না মশামক্না করম তৌনা নান্থোক্কনি ?

**ৱাহং-হংলিবা :** মহাকপু কনাগুম্বা অমগী মতেং লৌবা মথৌ তাই ।

**দাদাশ্রী :** পুনশিনলিবা অমগী মতেং লৌগদ্রা ?

**ৱাহং-হংলিবা :** স্বতন্ত্র ওইবা অমগী মতেং লৌবা মথৌ তাই ।

**দাদাশ্রী :** ঐখোয়না কনাগুম্বা অমদা হংলবদি ‘ইবুংঙো, নাস্থোক্তুনা লৈবা কনা লৈবগে মসিদা ? নাস্থোকপা ওইবা ? মদু ওইরবদি ঐঙোন্দা মসিদা মতেং পাঙউ ।’ হায়বদি মুক্ত ওইরবা মহাক্না নাস্থোকহন্বা ঙমগনি । মসি নৎতনদি, কনাগুম্বা অমত্তনা তৌবা ঙমদে ।

## অশাউবা- নাপল- মায়া- মীহৌবগী চীঞ্জাক

কনাগুম্বা মীওই খরানা জাগ্রত ওই, মখোয়না হায় মদুদি মসি অশাউবা তৌরিবা মদু ঐখোয়না পামদে, মদু ওইজরবসু তৌগদবা ওই ।

অমসুং কনাগুম্বা খরাদি অশাউবা তৌই অমসুং হায়, “অশাউবা তৌদ্রবদি ঐখোয়গী গাড়ী অসি চৎলোই, ঐখোয়গী গাড়ী য়াদদুনা লৈগনি ।” অসিগুম্নসু হায় ।

অশাউবা-নাপল-মায়া-মীহৌবা লেপ্পা লৈতনা মশাদগী হুরান্দুনা চায়, তৌইগুম্বসুং মীয়ামগী খঙবদা লাক্তে । মসি মরি অসিবু করিগুম্বা চহী অহুম চারা হেন্দুনা থমলবদি, মদু ওইরবদি মখোয় চেনখিগনি । তৌইগুম্বসুং করম্বা চীঞ্জাক চাবদগীনো মখোয়না হিংলিবসি ? করিগুম্বা মসি খঙদ্রবদি, মদু ওইরবদি মখোয়না করম্না চারা হেন্দুনা শিগনি ? মদুবু খঙদবদগী মখোয়বু চীঞ্জাক ফংদুনা লৈ । মখোয় করম্না হিংদুনা লৈরিবনো ? অমসুং মদুসু, লোইবা নাইদ্রবা মতম কয়াদগী হিংদুনা লৈরি । মরমদুনা মখোয়গী চীঞ্জাক পীজগনু । অসিগুম্বা ৱাখল্লোন অসিদি কনাগুম্বা অমত্তনা লাক্তে অমসুং মীয়াম পুন্নমক্না নম-হা তৌদুনা মখোয়বু লৌথোক্লবা তৌরি । মখোয় মরিদি ইচম চম্না চৎকদবা নত্তে । মখোয়দি, আত্মা মাপন থোকপা কান্দা, মনুংগী পুন্নমক শিৎতুনা তৈথোক্লবা কান্দা, মতুংদা থোক্লকই । মখোয় হিংসক ওইদুনা হাৎপা পামদে, মখোয়দি অহিংসক ওইনা হাৎপা পাম্মী ।

আচার্য শিষ্যবু করম কান্দা কিহন্বগে ? অশাউবা লাকপা মতমদা। মদুগী মতম অদুদা কনাগুম্বনা হায়রবদি, “মহারাজ, মহাকপু করিগী

কীহল্লিবনো ?'' মতমদুদা মহারাজনা হায়গনি, "মহাক্তি কিহন্বগী মতীক চাই।'' মদুদগীদি মতুংদা পুন্নমক লোইরে । অসিগুম্না ঙাংলিবসি, মদুনি অশাউবগী চীঞ্জাক । তৌরিবা অশাউবদুবু ঙাকথোক্লি, মদুনি মহাক্কী চীঞ্জাক।

মসি অশাউবা-নাপল-মায়া-মীহৌববু চহী অহুম ফাওবা করিগুম্বা মচীঞ্জাক ফংদ্রবদি মশা-মতোম্তা মতুংদা চেনথিনি, ঐখোয়না হায়বগী মথৌ তারোই । মরমদি পোৎ খুদিংমক মশা-মশাগী চীনছাক্তগী হিংদুনা লৈ অমসুং মসি সংসারগী মীয়াম্না করি তৌবগে ? নুমিৎ খুদিংগী মসি অশাউবা-নাপল-মায়া-মীহৌববু মচীঞ্জাক পীজদুনা লৈ । নুমিৎ খুদিংগী চাক পীজে অমসুং মতুংদা মখোয়না মশা-ফদুনা কোচৎ-চৎতুনা লৈ ।

অঙাংশিংবু ফুই, য়াম্না থিনা শাউদুনা ফুই, মতুংদা লোয়নবীনা হায়, 'অসিগুম্না করিগীদমক অঙাংশিংবু তোল্লববু ফুরিবনো ?' মতম অদুদা হায়, 'নংনা থঙলোই, ফুগদবা ওই ।' মরমদুনা অশাউবনা থঙই মদুদি, 'ওহোহো!, ঐগী চীঞ্জাক পীরি !' অরান্বদি থঙদে তৌইগুম্বসুং হৌজিকসু ফুগদবনি, অসিগুম্বা মোৎ পীরি, মরমদুনা মহাক্না ঐহাকপু চীঞ্জাক পীরি । মসিবু চীঞ্জাক পীবা কৌরি । ঐখোয়না অশাউববু এনকরেজ তৌরবদি, অশাউববু অফবনি খল্লবদি, মদু মহাকপু চীঞ্জাক পীবা হায়না হায়গনি । অশাউববু, 'অশাউবা ফৎতবনি' অসিগুম্না থঙলবদি মহাকপু মচীঞ্জাক পীদে, অসিগুম্না হায়গনি । অশাউববু মতেং পাংলবদি, মহাক্কী মায়রোমদা(পক্ষতা) লৈরবদি, মদু ওইরবদি মহাকপু মচীঞ্জাক ফংলে । মদুগী মচীনছাক্তগীনি মহাক্না হিংলিবসি । মীয়াম্না মহাক্কী পক্ষ লৌইদনা ?

অশাউবা-নাপল-মায়া-মীহৌবা করিগুম্বা পোৎ অমত্তবু ঐহাক্না ঙাকথোক্তে । অশাউবা থোক্লবা মতুংদা মতমদুদা কনাগুম্বনা হায়, 'মসি অশাউবা অসি করিগী তৌরিবনো ?' মতমদুদা ঐহাক্না হায় মদুদি, 'মসি অশাউবা অসি য়াম্না ফৎতবা পোৎনি । ঐহাক্কী অশোন্বনা মরম ওইদুনা থোক্লিবনি মসি ।' হায়বদি ঐহাক্না ঙাকথোক্তে । তৌইগুম্বসুং মীয়াম্নদি ঙাকথোকই ।

মসি সাধু অসিনা হিদাক মানা নমবা ওই, মদুদা ঐখোয়না হায়রবদি, 'সাহেব, অদোমগুম্বনা হিদাক মানা নমব্রা ?' মতমদুদা মহাক্না হায়, হিদাক মানাদি করিমত্তা কায়দে । মদুনা হেঙ্গৎলি ।

মসি মরিমক, অশাউবা-নাপল-মায়া-মীহৌবা, মসিদা অমনা ফার্স্ট মেমবরবু নুংশিবা ওই, অনিসুবা অদুনা মদুদগী হন্থনা ওই অসিগুম্না... হেন্না ঙাকথোকপা অদুগী, মহাক্কী নুংশিবা হেন্না হেল্লি ।

## স্থুল ( মপানগী) কর্ম : সুক্ষ্মা (অকুপ্পা মনুংগী) কর্ম

মপানগী কর্ম হায়বদি করিনো, মসিবু থঙউ । নহাক্না খুদক্তা অশাউবা লাক্লবদি, নহাক্না অশাউবা তৌবা পামদ্রবসু মদু ওইজরবসু লাক্লবদি, অসিগুম্বা থোকপ্রা নত্রগা থোক্তব্রা ?

**ৱাহং-হংলিবা :** হোয়, থোকই ।

**দাদাশ্রী :** মদুগী অশাউবা লাকপা মদুগী মহৈ মসিদা খুদক্তা ফংই । মীয়াম্না হায় মদুদি, "মাগা মানরুনু, মহাক্তি হান্নদগী য়াম্না শাউগন্বনি ।" কনাগুম্বনা করিগুম্বা মহাকপু মমাংমক্তদা খুবাক্না থাবসু য়াই । হায়বদি অশাউবা তৌবা অসি মপান থোংদা উবা কর্মনি । অশাউবা থোকপগী মদুগী মতুংদা ঙসি নহাক্কী ৱাখল্লোনদি করিনো হায়বদা "অশাউবদি তৌগদবনি ।" মদু ওইরবদি মদু অমুক হন্না মমাংগী মপোক্কী অশাউবগী হিসাব ওইগনি । নহাক্কী ঙসিগী ৱাখল্লোনদি অশাউবা তৌরোইদবনি, নহাক্কী পূক্নীংদা পানদম লেপপী অশাউবদি তৌরোইদবনি, তৌইগুম্বসুং করিগুম্বা থোক্লবদি, মদু ওইরবদি নঙোন্দা লাক্কদৌবা মপোক্কী ফাজিন্বা লৈররোই । মসি স্থুল( মপানগী) কর্মদা নহাক্না অশাউবা থোক্লবদি নহাক্না মসি মপোক অসিদা চৈনা শোইদনা ফংগনি। মদু ওইজরবসু নহাক্না মথংগী মপোক্কীদমক ফাজিন্বদি লৈরোই । মরমদি সুক্ষ্ম( মনুংগী) কর্মদা নহাক্কী পান্দম লেপ্পী মদুদি অশাউবা তৌরোইদবনি । অমসুং হৌজিক কনাগুম্বা মীওই অমনা কনাগুম্বা অমগী মথক্তা অশাউবা তৌদ্রবদি, তৌইগুম্বসুং পূক্নীংদা হায়রি মদুদি, 'মসি মীয়ামশিংগী মথক্তা অশাউবা তৌরবা থক্তদা মখোয়না জ্ঞান তাগনি ।' মদুদগী মসিনা মথংগী

মপোক্তা অশাউবা ওইবা ওইগনি ! মরমদুনা মপান্দা অশাউবা তৌরিবদু মদুদি স্থুল ( মপানগী ) কর্মনি । অমসুং মদুগী মতমদা মনুংগী ৱাখল্লোন ফাওবা, মদুনা মনুংগী কর্মনি । মপানগী কর্মদি কৈদৌনুংদা ফাজিন্বা লৈতে, মসি খঙলবদি । মদুদগী মসি 'ৱিজ্ঞান' ঐহাক্না অনৌবা মওং ওইনা থমলি । হৌজিক ফাওবদা মপানগী কর্মদগী ফাজিন্বা ওই হায়দুনা অসিগুম্না জগৎতা থমজিল্লী, অমসুং মদুদগী মীয়াম্না কি-কিদুনা লৈরি ।

## থাইদোকপগী জ্ঞানদগী নাম্থোকপা ঙম্মী কষায়শিং...

**ৱাহং-হংলিবা :** কষায় (অশাউবা-নাপল-মায়া-মীহৌবা) মরিশিংদগী মাইপাক্কবগীদমক করিগুম্বা অহান্বা থৌদাং শেমশাবা মথৌ তাৱ্রা ? করিগুম্বা দরকার ওইরগদি মদুগীদমক করি তৌগনি ?

**দাদাশ্রী :** অসিগুম্বনি, করিগুম্বা মসি মরি অশাউবা-নাপল-মায়া-মীহৌবা লৈত্রবদি মহাক্না ভগৱান ওইগনি ।

ভগৱান্না করি হায়বগে হায়বদা, নহাক্কী অশাউবদি অসিগুম্বনি মদুদি নহাক্কী পোকমিন্নবা মাম্মগা লোইন্না নহাক্না অশাউবা তৌরি মদু ওইরবদি মহাক্কী পূল্কীং নঙোন্দগী তোঙান তাগনি, পুন্সি চুপ্পা তোঙান তাগনি, মদু ওইরবদি নহাক্কী অশাউবা অদু অরান্বনি । মদুনা পূল্কীংদা তোঙান-তোঙান তাহল্লবদি নত্রগা চহী ২-৩ ফাওবা তোঙান তাহল্লি । মতুংদা অমুক হন্না অমত্তা ওইরবদি, মদুবু *অপ্রত্যয়খানী* অশাউবা কৌই । পূল্কীংবু ব্রেকডাওন তৌহল্লি, মদুদি অরোইবা লেবেলগী য়ুজলেজ অশাউবা কৌই, মদুবু *অনন্তানুবনধী* অশাউবা কৌই । অমসুং মীহৌবসু মদুগুম্না মতুংদা নাপলসু পুম্নমক মসিগুম্না য়াম্না কন্বা ওই, মদু চৎখ্রবা মতুংদা মীওইবনা অশেংবা লম্বী ফংই, *গুনস্থান*দা লাকই, নত্রগদি *গুনস্থান* লাকপা ঙমদে ! মসি মরি *অনন্তানুবনধী* কষায় ( অশাউবা-নাপল-মায়া-মীহৌবা ) শিং থক্তা চৎখ্রবদি য়াম্না ফরে ।

হৌজিক মদুবু চৎনবা, 'জিন'গী মনাক্তগী ৱাফম তারবদি, মদু ওইরবদি মথোয় চৎখিগনি । 'জিন' হায়বদি আত্মাজ্ঞানী, মহাক ধর্ম মখল

অমগী আত্মাজ্ঞানী ওইরবসু, বেডান্ত'কী ওইরবসু, নত্রগা জৈনগী ওইরবসু, তৌইগুম্বসুং আত্মাজ্ঞানী ওইবা মথৌ তাই । মহাকপু তারবদি *শ্রাবক* ওইবা ওই । অমসুং *শ্রাবক* ওইরবদি মহাক্কী *অনন্তানুবনধী* কষায় চংথিগনি । মতুংদা মশা-মতোম্তা *ক্ষয়োপক্ষম* ওইদুনা লৈ ।

হৌজিক অনিসুবা উপায়দি মসিনি মদুদি ঐহাক্কা মহাকপু থাইদোকপগী জ্ঞান তৌবিরবদি । মতম অদুদা কষায় পুম্নমক চংথিবা ওই । পুমতুম-তুম্বা ওই, মদু মসি মতম অসিগী অঙকপনি । মরম অদুনা 'অক্রম বিজ্ঞান' কৌরিদনা !

**-জয় সচ্চিদানন্দ**

# অশেংবা আত্মাগীদমক প্রার্থনা

হে অন্তর্যামী পরমাত্মা ! অদোম জীব খুদিংমক্তা বিরাজমান ওইরি, অসিগুম্না ঐঙোন্দসু বিরাজমান ওইরি । অদোমগী শক্তম মদু ঐহাক্কী শক্তম্নি । ঐগী শক্তম অশেংবা আত্মানি ।

হে অশেংবআত্মা ভগৱান ! ঐনা অদোমবু অমত্তা ওইবা ৱাখল্লোন্দগী খ্বাইদগী ৱাংবা ভক্তিগা লোয়ন্না খুরুমজরি ।

অজ্ঞান্না মরম ওইদুনা ঐনা ** অরানবা তৌখিবশিংদু, মদু অরানবশিং পুম্নমকপু অদোমগী মাংদা হায়দোকচারী । মদুগী থম্মোয়শোক্না য়াম্না নুংঙাইতবা ফাওরি অমসুং ঙাকপীয়ু হায়জরি । হে প্রভু ! ঐহাকপু ঙাকপীয়ু, ঙাকপীয়ু, ঙাকপীয়ু অমসুং অমুক হন্না অসিগুম্বা দোষ তৌদন্বা অসিগুম্বা অদোম্না ঐহাকপু শক্তি পীবিয়ু, শক্তি পীবিয়ু, শক্তি পীবিয়ু ।

হে অশেংবআত্মা ভগৱান ! অদোম অসিগুম্না ক্রিপা তৌবিয়ু মদুদি ঐহাক্কী খেৎন্বা ৱাখল্লোন অসিদগী নাম্থোক্লবা অমসুং অমত্তা ওইবা শক্তম ফংনবা । ঐহাক্না অদোমদা অমত্তা ওইবা শক্তমদগী তন্ময়াকার লৈগে ।

**(তৌখিবা দোষশিং অদু, মদুবু পূক্নীংদা নীংশিংউ)

# প্রতিক্রমন বিধি

প্রত্যক্ষ 'দাদা ভগৱান'গী সাক্ষীদা, হকচাং *ওইরিবগী পূক্নীং-ৱাহৈ-হকচাংগী অপুন্বা, ভাবকর্ম-দ্রব্যকর্ম-নোকর্মদগী তোঙান্বা ওইরিবা হে অশেংবআত্মা ভগৱান, অদোমগী সাক্ষীদা, ঙসিফৌবা ঐহাক্না তৌখিবা** দোষশিং, মদুগীদমক ঙাকপীয়ু হায়জরি । থম্মোয়-শোক্না নুংঙাইতবা ফাওরি । আলোচানা, প্রতিক্রমন, প্রত্যখ্যান তৌরি অমসুং অসিগুম্বা দোষ অসি কৈদৌনুংদা তৌজররোই হায়দুনা অচেৎপা ৱাশক লৌরি । ঐবু ঙাকপীয়ু, ঙাকপীয়ু, ঙাকপীয়ু । হে দাদা ভগৱান! ঐহাক্না অসিগুম্বা করিগুম্বা দোষ অমত্তফাও তৌদন্বগী মতোনলোম্বা শক্তি পীবিয়ু, শক্তি পীবিয়ু, শক্তি পীবিয়ু।

*(কনাগুম্বা অমগী মথক্তা অরান্বা তৌখিবা মদুগী মাংদা লৈরিবা মীওই অদুগী মমিং লৌবা)

**তৌখিবা দোসশিং অদু, মদুবু পূক্নীংদা নীংশিংউ ।

(অদোম অশেংবা আত্মানি অমসুং দোষ তৌরি অদুগী মনাক্তা প্রতিক্রমন তৌহনগদবা চন্দুলালগী মনাক্ত দোষশিংগী প্রতিক্রমন তৌহনগদবা ।)

# কলম মাপনশিং (৯)

**১.** হে দাদা ভগৱান ! ঐহাক্না কনাগুম্বা হকচাং ওইরিবা জীবাত্মাদা থকজীক্তংফাও অহম নুংঙায়তবা তৌদবা, নুংঙায়তবা তৌহন্দবা নত্রগা নুংঙায়তবা তৌরিবা অদুদা অনুমোদনা তৌদনবা অদুগুম্বা মতোনলোমল্বা শক্তি পীবিয়ু । ঐহাক্না কনাগুম্বা হকচাং ওইরিবা জীবাত্মাদা থকজীক্তংফাও অহম নুংঙায়তবা তৌদনবা অদুগুম্বা স্যাদবাদ ৱাহৈ, স্যাদবাদ ব্যবহার অমসুং স্যাদবাদ ৱাখল তৌন্নবগী মতোনলোমল্বা শক্তি পীবিয়ু ।

**২.** হে দাদা ভগৱান ! ঐহাক্না করিগুম্বা ধর্ম অমগী থকজীক্তংফাও প্রমান নুংঙায়তবা তৌদবা, নুংঙায়তবা তৌহন্দবা নত্রগা নুংঙায়তবা তৌরিবা অদুদা অনুমোদনা তৌদনবা অদুগুম্বা মতোনলোমল্বা শক্তি পীবিয়ু । ঐহাক্না করিগুম্বা ধর্ম অমগী থকজীক্তংফাও প্রমান নুংঙায়তবা তৌদনবা অদুগুম্বা স্যাদবাদ ৱাহৈ, স্যাদবাদ ব্যবহার অমসুং স্যাদবাদ ৱাখল তৌন্নবগী মতোনলোমল্বা শক্তি পীবিয়ু।

**৩.** হে দাদা ভগৱান ! ঐহাক্না কনাগুম্বা হকচাং ওইরিবা উপদেশক সাধু, সাধবী নত্রগা আচারয়বু অবর্ণবাদ(নিন্দা), অপরাধ, অবিনয় তৌদনবা মতোনলোমল্বা শক্তি পীবিয়ু ।

**৪.** হে দাদা ভগৱান ! ঐহাক্না কনাগুম্বা হকচাং ওইরিবা জীবাত্মাবু থকজীক্তংফাও পামদবা ফাওবা, য়েংথিনবা কৈদৌনুংদা তৌদনবা, তৌহন্দন্বা নত্রগা তৌরিবা অদুগী মথক্তা অনুমোদনা তৌদনবা অদুগুম্বা মতোনলোমল্বা শক্তি পীবিয়ু ।

**৫.** হে দাদা ভগৱান ! ঐহাক্না কনাগুম্বা হকচাং ওইরিবা জীবাত্মাগা লোয়ন্না করিগুম্বদা অকনবা লোন, খোনজেল য়াক্লা-ঙাংবা লোন ঙাংদনবা, ঙাংহন্দনবা নত্রগা ঙাংলিবগী মথক্তা অনুমোদনা তৌদনবা অদুগুম্বা মতোনলোমল্বা শক্তি পীবিয়ু । কনাগুম্বনা অকন্বা লোন, খোনজেল য়াক্লা-ঙাংবা লোন ঙাংলগদি ঐহাক্না মীনুংশি চেন্বা-ইংনা ঙাংবা লোন ঙাংন্বগী মতোনলোমল্বা শক্তি পীবিয়ু ।

**৬.** হে দাদা ভগৱান ! ঐহাক্না কনাগুম্বা হকচাং ওইরিবা জীবাত্মাগী মথক্তা নুপী, নুপা নত্রগা নপুংসক, লিঙ্গধারি অমা নত্রগা অমবু ওইরবসু, মহাক্কা মরি লৈনবদা থকজীক্তংফাও লৌনা লৈনবগী দোষ, অপাম্বা, শোকনা-শন্নবা নত্রগা ৱাখলগা মরি লৈনবা দোষ তৌদবা, তৌহন্দবা নত্রগা তৌরিবা অদুগী মথক্তা অনুমোদনা তৌদন্বা অদুগুম্বা মতোনলোমল্বা শক্তি পীবিয়ু । ঐহাকপু লোইবা-নাইদনা নির্বিকার লৈন্নাবা শক্তি পীবিয়ু ।

**৭.** হে দাদা ভগৱান ! ঐহাক্না করিগুম্বা মহাও অমত্তদা চানিংবগী মীহৌবা ওইদনবা অদুগুম্বা শক্তি পীবিয়ু । মহাও পুন্নমকপু সুবা চীনছাক চানবগী মতোনলোমল্বা শক্তি পীবিয়ু।

**৮.** হে দাদা ভগৱান ! ঐহাক্না কনাগুম্বা হকচাং ওইরিবা জীবাত্মাকী হৌজিক লৈবা নত্রগা লৈত্রবা, হিংলিবা নত্রগা লৈথিদ্রবা, কনাগুম্ববু থকজীক্তংফাও অবর্ণবাদ(নিন্দা), অপরাধ, অবিনয় তৌদনবা, তৌহন্দন্বা নত্রগা তৌরিবা অদুগী মথক্তা অনুমোদনা তৌদন্বা অদুগুম্বা মতোনলোমল্বা শক্তি পীবিয়ু ।

**৯.** হে দাদা ভগৱান ! ঐহাক্না জগৎপু য়াইফন্বা তৌনবগী নিমিত্ত(খুৎলায়) ওইনবগী মতোনলোমল্বা শক্তি পীবিয়ু, শক্তি পীবিয়ু, শক্তি পীবিয়ু ।

## Books Published by Dada Bhagwan Foundation

| | |
|---|---|
| 1.Adjust Everywhere<br>2.Ahimsa : Non-Violence<br>3.Anger<br>4.Aptavani-1<br>5.Aptavani-2<br>6.Aptavani-4<br>7.Aptavani-5<br>8.Aptavani-6<br>9.Aptavani-8<br>10.Aptavani-9<br>11.Autobiography of Gnani Purush A.M Patel<br>12.Avoid Clashes<br>13.Brahmacharya<br>14.Death : Before, During & After<br>15.Flawless Vision<br>16.Generation Gap<br>17.Harmony in Marriage<br>18.Life Without Conflict<br>19.Money<br>20.Noble Use of Money | 21.Pratikraman<br>22.Pure Love<br>23.Right Understanding to Help Others<br>24.Science of Karma<br>25.Science of Speech<br>26.Shree Simandhar Swami : The Living God<br>27.The Essence of All Religion<br>28.The Fault Is of The Sufferer<br>29.The Guru and The Disciple<br>30.The Hidden Meaning of Truth & Untruth<br>31.The Practice of Humanity<br>32.Trimantra : The mantra that removes all the worldly obstacles<br>33.Whatever Happened is Justice<br>34.Who Am I ?<br>35.Worries |

❖ Dada Bhagwan books are availables in different languages : Gujarati, Hindi, English, Marathi, Telegu, Kannada, Oriya, Malayalam, Bengali, Punjabi, Assamese, Tamil, German, Spanish, Portuguese, Russian etc

❖ 'Dadavani' Magazine is published Every month in three Languages :Gujarati, Hindi, English.

Website : www.dadabhagwan.org

## Persons to Contact

**Dada Bhagwan Parivar**

**Adalaj** : Trimandir ,Simandhar City ,Ahmedabad-Kalol Highway
Po/Adalaj , Dist.: Gandhinagar-382421, Gujarat, India.
Tel : +91-9328661166/ 9328661177
Email :info@dadabhagwan.org

| | | | |
|---|---|---|---|
| **Mumbai:** | 9323528901 | **Delhi:** | 9810098564 |
| **Kolkata:** | 9830093230 | **Chennai:** | 9380159957 |
| **Jaipur:** | 9351408285 | **Patna:** | 7352723132 |
| **Bhopal:** | 9425024405 | **Amravati:** | 9422915064 |
| **Indore:** | 9039936173 | **Bangalore:** | 9590979099 |
| **Raipur:** | 9329644433 | **Hyderabad:** | 9989877786 |
| **Chandigarh:** | 9780732237 | **Pune:** | 9422660497 |
| **Kanpur** | 9452525981 | **Jalandhar**: | 9814063043 |
| **Bhubaneswar** | 8763073111 | **Sangli:** | 9423870798 |
| **Varanasi** | 9795228541 | | |

| | |
|---|---|
| **U.S.A:Dada Bhagwan Vignan Institute**<br>Tel:+1 877-505-DADA(3232)<br>Email: info@us.dadabhagwan.org | **U.K: Dada Darshan (UK)**<br>Tel: +44 330-111-DADA(3232)<br>Email: info@uk.dadabhagwan.org |
| **Germany** :+49 700 32327474<br>**UAE:**+97 1557316937<br>**Kenya:**+25 4722722063<br>**Dubai**: +971 501364530 | **Australia**:+61 421127947<br>**New Zealand**:+6421 0376434<br>**Singapore:** +65 81129229 |



*Scan this QR code using QR scanner app to download free manipuri language ebooks from dadabhagwan ebook store.*

**www.dadabhagwan.org**



**অশাউবা তৌদবিদা 'শীল'গী**
**মৈশানা হেন্না কল্লি !**

মসি অশাউবা – নাপল – মায়া – মীহৌবা, মসি পুন্নমক অশোন্বশিংনি । মপাঙ্গল কন্বা মহাক্না অশাউবা তৌবগী দরকার কদায়দা লৈবগে? তৌইগুম্বসুং মসিদি অশাউবগী লৈরিবা মৈশা অদুদগী, মদুগী মৈশাদগী মাংদা লৈরিবা অদুবু ফাজিন্ননবা হোৎনৈ। তৌইগুম্বসুং অশাউবা লৈতবা মহাক্কী মনক্তা করিগুম্বা খরাদি লৈরমগনিদনা ? মহাক্কী 'শীল' কৌবা চারিত্র অদু, মদুদগী শা-ঙা ফাওবা ফাজিন্বা ঙম্মী ! কৈ, নোংশা, য়েক্লবা পুন্নমক, লান্মী পুন্নমক ফাজিন্বা ঙম্মী ।

**–দাদাশ্রী**




dadabhagwan.org




Printed in India

Price ₹15